অফোংবা—পুখ্রেম রাম,
খুরাই লমলোং বাজার।
সত্ব পুস্তমক অইবগীনি।
মথুম য়েকপা—রাজি, বুধচন্দ্র।




অ[illegible] ফোংবা
[illegible]শিং ১,০০০
[illegible]১, ১৯৭২।

ফংফম—রাজ ষ্টোর (ইম্ফাল), য়ার বুক হাউস
অমসুং লাইরিক য়োনবা দুকান খর।

---

নম্ফম:—দি সোস্যিল লুখোই প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# য়াওগদবা মীশক

নুপা—

নিলমনি—জর্জ্জ, সোরাগী মপাকুং।

দিনচন্দ্র—থাবলৈগী মপা, মশাগী কলেজদা য়োকখৎপা পাম্জবা।

গুরু—জগোই ঈশৈ, তম্বীবা ওঝা।

চাওবা—জর্জ্জ নিলমনিগী থবক থৌরা মীওই।

সন্যাসী—মন্দিরদা সেবা চৎপা মীওই।

সোরা—নিলমনিগী মচা।

মহেশ—ডাক্তর, সোরাগী মরুপ।

মরুপ অনি।

নুপী—

ইবেমহল—শ্রীনুগী মমা।

শ্রীনু—লাইথুং পরুবী লৈশাবী।

থাবলৈ—দিনচন্দ্রগী মচানুপী।

---

শায়বিনিংবশিংনা শায়দ্রিঙৈদ, অইবদগী 'অয়া-চে' অমা পায়বিয়ু।

# শ্রীনু

## অহানবা তাংকক্

মল্লবা লাইশং অমা। নুমিদাংবাইরম।

[ অকিবা ফংলবা নোংলৈ মুংশিংকী মরক্তা
সন্ধ্যা আরতিগী কাংশি খিংবগী খোঞ্জেল,
সন্ন্যাসী অতুনা লাইগী বর্ত্তি কংলি।
শ্রীনু লৈ কত্তুনা খুরুম্নী। ]

ঈশৈ— লম্মাংনববা মপোক্নি, লমজিংবিউ ননাইবু
থৌজালত্তবু ঙাইজরি তাইবং ঈপাক লাম্নবা॥
রাকচিং উনখাক নংলবী লৈরাং থম্বাল মতৌগুম
তাইবং লৈকোল 'সিদা শাৎচবগী কাম্নদ্রবী;
মালং শউম ঙাইদুনা ঈমায়দ কেনগে থৌরাংলিবী
লৈরাং ওইবী মপোক্পী অরাবদে কে কহনবিয়ু॥
হো হুয়্রো নামিবা, তিনখ্রগে পুন্সি ঈপাক্তা
কোঙ্গোল তাকপগুম খাংডুখক্তা, শিঙ্গারৈগী পুন্সিগুম
ঈমুং পুঙ্গোই লান্দ্রিঙৈ তাইবং কনা খংদ্রিঙৈ
চেক্লা নাইতোম পাইরকপগুম ঈদোম তরক হনখিগে॥

সোরা—[ নোং নংলবা হকচাং, নোং থুপকে চংলকই। ]

শ্রীনু—[ মী চংলকপা মখোল তাবদা, মমাই ফিজিনা
তংখাই খুমজিনখি। ]

সোরা—[শ্রীনুদা মুম্না য়েংবা]

শ্রীনু—[ ঈশ্বরদা কৎলুরবা লৈ হাপ্না পোলাং পুদুনা থোরকপা,
থোংজিন্দ থেংনবা, ইকাইনা লৈথোকখিবা ]

সোরা—শক খংদেদি হায়রবু রা মত্তা হংজখিগে।

শ্রীনু—[ মমাই লৈথোক্লগা ] তাকপীয়নে কৈদৌবগে ?

সোরা—হেকচনিংবনি ঙমজহৌদ্রে, কৎচনিংবনদি ঈখোলাং
বসন্ত অয়ুক্কী নিংথিবী, ফুগাইনা শাৎপী লৈরাংশিংদো
লন্নান ইখুৎ 'সিনা, মপুই কাদ কৎচনিংবদৈ
খজিক্ক লৌজগে হায়রবু, লৎনগদ্রা হায়য়ুনে ?

শ্রীনু—শিঙেল খুৎফম নাইরবী লৈচু লাংশিল্লবী লৈরাংসে
করম্না য়েৌগনি মপুই, শেংলবা খুয়া থাদুদ।

সোরা—নত্তে, মমল পিদে হায়দুনা; ব্রারৌত্রনে মুজানা ?

শ্রীনু—নত্তে ! নত্তে !! ব্রাখল অদু ওন্নরে।
মমল লেপ্পা হায়'সিদি মুংশিবগী তুংইনবনি।
[শোম্থাংননা] শকখঙদবা মহাকসিবু কনানো ! ?

সোরা—য়োনবিরোইদবা ওইরগনা, নিজরগেনে খজিক্ক।
[ সোরানা শ্রীনুগী মমাই অদু য়েংগদবগী লাক্লরি।
শ্রীনুনা য়েংহল্লোইদগী লৈথোক লৈথোক্লগা ঙাংই।
অমনা য়েংগদবগী, অমনা য়েংহল্লোইদবগী হোৎনরি। ]

শ্রীনু—'মুক কৎপা তৌহৈদ্রে।

সোরা—করম্না ?

শ্রীমু—কৎলুরবা লৈরাং ভাক্তনি, কৎপিগে হায়রগনা……।

সোরা—'মুক কৈদৌরবা ?

শ্রীমু—হয়েং কোম্না অদোমগী পুজরকপা হায়বদুনি।

সোরা—লেংঙ্গবা মূর্ত্তিগী শক্তম পুক্লিংস্থ খংঙ্গবা 'মদা
পামজদে কৎচবা ঐহাক্তী লৈয়ে শক্তম ইমাংদ
লাৎচগে খঞ্জবা মতম চুপ্প, পুক্লিং থুংবা অমা
মদুদনি ঐনা কৎচগদবা, থম্মোইগী লৈরাং পরেং॥

শ্রীমু—[মতোমৃত] লম্লান কনানো লাক্লিবা, শকখংদবা মহাকসে ?
মতম চুপ্পা থোরাংলিনে, পুনগদবগী মহাক্না
মুংশিবা হায়বা লোনমগী য়োৎহ্নিংদুনা ঐহাকপু।

সোরা—কনানো নঙবু শকখংদবী, খঙহৌদনা মুংঙলখি
নঙগী চেংলৌ উবদা বসন্তগী খোয়রাং লৈ।

শ্রীমু—[ ইকাইনা ]—কনাস্থ নত্তে, শিংথানদ্রবী শিঙেলনি।

সোরা—করম্না শিংথানদ্রবী—! ?

শ্রীমু—চৎনবীগী থোংজিন্দগী ইম্বোক্লবী উফুল্লকী লৈরাংগুম
লৈচন চাদ্রবী, চৎনবীনা খোঙ্গাওনরবী, লমথাংগী লৈরাংনি।
সমাজ লক্কে ইম্বোক্লবী, নাইতোম তারবী পুন্সিনি।

[ য়াম্না নিংঙমদনা লুকথখিবা ]

সোরা—সমাজ লক্কে ইম্বোক্লবী নাইতোম তারবী পুন্সি।
[মতোমৃত]—মদুদি মহাক কনানো ? মাগী চংজফম লৈত্রবা
লমথাংগী লৈরাংনি হায়বা !! চৎনবীনা খোঙ্গাওনরবী;
মহাক কনানো ? কনানো মহাক ? ঐই ! ঐই !! —

শ্রীমু—অং মাম্নি, নাইতোম তারবী পুন্সিনি।

সোম্না—'মত্তেং পাঙজগে কৈদৌগে? ঈপাক 'সি লানমিম্নসি।

শ্রীমু—থাজদে।

সোরা—করম্না?

শ্রীমু—তোর্বান্দ হৌখা ফজবা, লৈরাং কম্বাবু য়েংলগা
কম্লরুবা মীওইবনি। ঙমগদবোই নিংই হিহোনবদো,
'মুবু আশাত ঙাইরম্নমাল্লে। 'সুম্না হায়র' হনখিরমই—
ফজবা লৈর'ঙবু পাম্নবনি, ঙম্রে'ই ঈপাকসিদি লানবা

সোম্না—নত্তে ঐদি অয়ম্বা, হিহোনবদুগুম্বা পাংদবা।

শ্রীমু— [নোক্লদুনা] ওইদবা ওইসমু।
পাইরকপা খোইমু খুদিংমক, করম্না হায়সিগে লৈম্নাংগীনি।
অউবা লৈয়াং খুদিংমক, লৈনম চেল্লি খনবীমু।

সোরা—নোং লৈবা লৈচিন্দা নোংথাংসু কুপ্পী মহায়নৈ,
নোংথাং কুপ্পা উয়গা কুমগী নোংবু ঙাইজবী
ঈঙাই চেক্লা নোঙ্গোবীনা, নোংগী আশা তৌজবগুম
শিঙেল নঙমা শাৎপনা নোংমদি হেক্কনি নিংজরি।

শ্রীমু—অরাপ্পদ উদুনসু শংবাননবা, সমুদ্রগী ঈশিংদি শংদবনি।
মদুনি মীওইবৈ পুক্লিংসু, নকশিল্লরুগা 'শেংবা খংলকই
ঙাইহাক্কী অপাম য়াখম্না, নিংবা কাইহনবিমু পুন্সিসে।

মহেশ - [মম্নংদগী] সোরা। সোরা॥

সোরা—শুরু মম্ব লম্বেলগী, লম্মুরুবা অহিংদ—
নোংথাংনা লম্বেল তাকপগুম, লম্মুরুবা ঐই অশাই
মুংশি পম্থুং তানবদা নোংথাং লৈম ওইবীয়॥
পাইমিম্নসি নোং ওইদুনা, চুথদ্রিফাও মালেমদ শেংনদনা॥

মহেশ—[মঙ্গুংদগী]—কদায়দা লৈখ্রবগে।
চৎলসি লাকও! থেংখে।

সোরা—মরুপসিনা ঐবু তত্তনা কৌরি
চৎলগেকো, 'মুক হল্লকখিগে।

শ্রীমু—লম্লান পূরুিং খংত্রিবৈঙে,
করম্না থিংবা ঐনা ইতিক ইপা ওইরুনি।

সোরা—চিংন ব্রাঙাং কিশি কি থম্মোইগুংদ লৌখুপ্ন
পরি চৎল শঙম হন, শঙম চৎল পরি হন
লৈতাদবা থম্মোইসে—নংগীদমক্তনিকো।
[ লৈগী পোলাং পায়দুনা থোকখিবা ]
[চৎখিবা মাইকৈদা য়েংলগা]

শ্রীমু -ও। কাওখ্রমাল্লে মহাক,
লৈগী পোলাংসে পুদুনা চৎখে নত্তে—মহাকসিবু কনানো?
ঙসি থম্মোই লৈকোন্দ নৌহোনা চংলক্লে বসন্ত।
কেনথ্রগদবা লৈরাং অমগী মিপাইজবা মহাকপু
করি লমগী খোইমুনো? শকখংদবা মুংশিবা।
লৈরাং লৈকা শেত্তিবী শিঙেল মপুং ফাদ্রিবী
লৈরাং ওইবী অমদা মুংশি ঈরিক খিকপিয়্ম॥

সোরা—[ চংলকপা ]

শ্রীমু—[ সোরা উবদা ]
সন্ন্যাসী ঐ চৎথ্রে হায়বিয়্ম। [ নাকন্দ লৈশিনখিবা ]

সোরা—[ কোয়য়েং য়েংবা, লৈগী পোলাং থম্বা ]
কদায়দা চৎথ্রে? কদোমদা? হুজিক্ক লৈরম্বদো।

সন্যাসী—নঙনা থিরিবদো কনানো ?

সোরা—ও ! সন্যাসী মহাকুনি ।

নত্তে সন্যাসী মহাকুবু, কনানো ?

সন্যাসী—খংনিংলিবদু করিগীনো ?

সোরা—খংদে, করিগীনো হায়বা ? [মতোম্ত শোম্থাংমনা]

ঐগী পুন্নিংসে লাংতক্লে, মাগী শকুম উরম্বদগী

অশেংবা শকফম অদুদং মপুং ফানা উরম্লবদি

পুন্নিংগী তথকপা 'সিদং লৈতাবা ওম্নমগদবনি ।

মপুং ফাবা থানিলগী শক্তম উদ্রিদৈদ লাংতক্লবসিনা

থানিলগী মপুংফাবা মাইখোংদে। উরবদি কয়াদ হরাওগবা ।

সন্যাসী—মহাক্লসু অসুম্না শোল্লম্মী ।

সোরা—অওইবা ! করি হায়না ? ঐবু— ।

সন্যাসী—মান্নী, নঙবুনি ; মানা—"করিগী ঐবু মানা

অসুক লোন্দিন্নবা কৌন্নিবা, শকখংনদবা ঐঙোন্দা ।

থেংনখিদ্রি ইপুন্সিদা মাগুম পুকচেল চাওবা ॥"

সোরা—নত্তে ।—মাবু মফমসিদা তত্তনা লাকপ্রা ?

সন্যাসী—করিগীনো পাখং ! মাবু তত্তনা হংলিবা ?

সোরা—ফজবা লৈরাংগী শাৎকম হংকম থোকই খোইমুনা

লৈরাংগী লৈনম তারগা তত্তনা হংঙি মালংবদা

করি লমগী লৈরাংনো ? কৈদ শাৎপী শিঙেলনো ?

সন্যাসী—খোইমুগী হোনশাগুম; লৈরাংগী মপাউ তত্তনা হংলিবদো

খংলক্তনি, নোংম নত্র' নোংম—মতম' লাক্লগা ।

সোরা—নত্তে, লৈফমদু খংলবদি 'মুক্ত হায়বিয়ু ।

সন্ন্যাসী—মঙোন্দগী হংলগা খংউ!
সোরা—নৈফমদু তাকপিরবসু মখিংদংদি?
সন্ন্যাসী—মদুসু, মশাদ হংলগা খংঙু।
সোরা—ও! ঐদি কাওথোক্লুরে! নঙদি সন্ন্যাসীনি।
ব্রহ্মচর্য্য অমগী মফমদদি হেন্না নুংশিবা, হেন্না অরাবা
হেন্না নুঙাইবা, অহেনবা অমত্তা লৈত্রবনি॥
অতাবা অমত্তা য়াওত্রবনি, অদুনানি ঐনা নঙোন্দগী
মতিক চাবা পাউখুম অমত্তা ফংবা ঙমদ্রিবা?
লিলনা চিক্লিবা মীনা লিলগী মহু খংলম্লোই॥
সন্ন্যাসী—[নোক্লদুনা] ইয়া অপংবসিদি—
ও!! মতম অমদা, ঐসু ঐগী—
নহা ওইরিঙৈগী ঐগী পুন্সিদো! ঐগী পুন্সি।
অদুবু পাখং—অয়াম্বা মতমদা
নুমিদাংবাইরমদা, তত্তনা লাই খুকম্বা লাকপনি।
সোরা—ধন্যনি সন্ন্যাসী। [হরাওনা চেনখিবা]
শ্রীরু—[চৎখিবা মাইকৈ তুংইন্না য়েংলগা]
হোৎনবগী কান্নবা ফংত্রবা হোৎনবগী আশাদি লৈরিবা
শাৎপগী কান্নবা ফংত্রবা শাৎচনিংবৈ আশাদি মাংদ্রিবা;
লমখাংগী লৈরাংগা অমত্তুমি, ঐগী পুন্সিগা! ঐই!!
খোইরুনা মীতম লাক্লুনা শাগৎচরুবা আশা কয়াসে
নুংশা মঙান্দা শৌদোক্লুনা তত্তনা নিংবা কায়হল্লি।
অপুং কাবা ঙমলোই অহিংগী আশাদো অমুক্তু।
[সোরা চংলকপা ছুবদা, শ্রীরু নাক্কন্দ লৈশিনখিবা]

সোরা—[চংলকপা] অমুক হল্লক্রবনি সন্ন্যাসী।
সন্ন্যাসী—কম্বিগী! করি অমুক তৌরে?
সোরা—কাওক্সরে, কৈনোম পুখিগদবা লৈরি।
সন্যাসী—মা লাক্লিফাও লাইশংসিদ লৈখিগত্রা? মতুস্থ ফৈ।
সোরা—নত্তে, মামক্কি খন্দুনা পুখ্রগনি।

[পোলাংদগী লৈপরেং লৌথোক্লগা য়েংবা]

লম্বেল চৎপনা ৱাররুবদা মনা পুংবা পামেলগী
উখাদ পোথাজবা ফংবগুম মাগী লৈরাং পরেংবু
ফংজবদা ঐনা হরাওবদি; মা ফংজবগা অমহানি।
মপুগী পুক্লিংদি খংদনা; মসি ঐগী ওইজরবনি॥

[লৈ পরেং শিজিল্লগা থোকখিবা]

শ্রীমু—[নোকফেৎ তৌনা য়েংহৌবা]

ইখুংমক্লা হুকচবা ফংলবদি, কয়াদ হরাওজগদবা?
নোংদম মাগী নোংদমখোল করি তল্লীগবা লাইবক্ত?
[শকফম হজ্জিন্না] হজ্ঞগ্রগে সন্যাসী
অনাবা ইমানা চানবা, লাইগী প্রসাদি খরদং!

সন্যাসী—[কৎলক্লিবা পোৎ-চৈ খর অতুদগী খায়দোক্লুনা পি]
শ্রীমু—মখুৎ য়াত্নুনা লৌরগা, লৈগী পোলাংদ হাপচিল্লি]

[লাই খুরম্নগা থোরকপা, থোঙজিন্দ ঙৈহাক লেপ্লগা]
মানা লম্বেন্দ ঙাইতুনা, হংগদবগী থম্মোইগী ৱাহং
হায়গদবগী মুংশিবৈ ৱা কয়া, ঐনা করি খুমগবা?
ঐনা করি হায়গবা? করি হায়না হায়সিগে?
লৌনম্নী খন্না চিংনসিরা? অশেংবনি খন্না কথোকগ্রসিরা?

[নোকফেৎ তৌদুনা থোক্লগা]

হে মতম ! মীওইববু নঙনা খংহল্লি

অৱাবা, সুংশিবা, শাংঙমদবা; অপাম্বা, কল্লকপা, মীহৌবা;

ময়ামসিনা মথৌ শংলক্লগা ঐখোয়-ঐখোয় খম্মোই'।

মীওইবনা করি ওইরক্কবা ? ঐনা করি ওইরক্কবা ?

ঙসিদি চংঙ্গ্রে থম্মোইদ, কদায়দৈনো করিনো 'মা

মদুনা ঐবু খলহল্লি, সুংশিবা হায়বদু করিনো ?

সুংশিবনা করিনো ? সুংশিজবনা করিনো ?

করিনো ঐগী ৱাখল ? মাগী ৱাখলনা করিনো ?

মাগী ৱাখলসু য়াওনা, খল্লুৱিবা ঐনা করিগীনো ?

[ হরাওনা চেনখিবা ]

( লাইট ওফ )

# অনিশুবা তাংকক্

## অহানবা উৎপা

দিনচন্দ্রগী য়ুম। নুমিদাংবাইরম।

[ময়াই ওইরপ্পা ইমুং-মনুংগী য়ুম অমনি। ড্রোইং রুম কা অদুদা নিংথিজনা লৈতেংলি, অনানবা টেবল অমা, চৌকি অমা-অনি কোয়শিন্দুনা লৈরি; মদুগী নাকল ওইরপ্পা আলমিরা মচা অমদা লাইরিক-লাইশু খরসু নিংথিজনা থম্লী। ফক্লাং অদুদ মাগী নহাওইরিবৈগী ফোটো অমা থেৎলি।]

দিনচন্দ্র—[চৌকি ফমদুনা খবর পারম্লদগী ফুক হৌগৎলগা হঙৎ-হন্দা চৎলি মাগী নহা ওইরিবৈগী ফোটোদা য়েংলগা।]

মতম অদো হৌখ্রে, হল্লক্লরোই।
অরাংবা আশাগী চীংদোন্দে, নাম্থরক্কনি হায়বা থাজরমদে।
অদুবু, ঐনা লৈরিবা মফম'সিদি চীংখাদনি, আ-দনি।
কুমথরক্লবনি ঐগী পুন্সি! ঐগী পুন্সি!
নারক্লিবৈ মতমদদি, শিগনি হায়বা থাজরমদে
পূম্নমক অমত্তা থাজরমদে, ঐনা অমত্তা থাজরমদে
পূম্নমক 'সিগী ওম্ন-তৈনবদা, থাজবগী য়াংমদা
ঐনা থাজরমদবা ভাক্ত; অস্থুম অস্থুম তৌরক্লি।

নিলমনি—[চংলকপা] মরুপ!

দিনচন্দ্র—[তাদবা]

ঐগী উনশা খুইজিল্লক্লে, চাইরুং তারক্লে।
ঐনা নিংজবনা অমা, মানা শিল্লকপনা অমা

অহল ওইরক্ল' মতমদা, ত্রেক য়াওদ্রবা গাড়িগুম
মনিং তম্মা চেম্থগ্রে, পম্থুংকমগী খাংমদা ॥
[নিলমনি উরকপা] ও! মরুপ! কয়াম কুইরে?
নিলমনি—ঙৈহাক ওইরে।
দিনচন্দ্র—লেংশিনবিয়ু।
নিলমনি—য়ায়নি। [গম্বা]
করিগীনো? পুন্সিগী অশোয়বা উরগা নিংহন্নবিরীববু?
দিনচন্দ্র—মরুপ। অশোয়বা উরগা নিংহন্নদ্রবদি
কবম্বা থৌনা অমুক লাক্কনি, অনৌবা আশাগীদমক।
নিলমনি—হোয়, মদোমদা খন্থকরবদি ফন চুম্বা রাফমনি।
দিনচন্দ্র—খন্দুনা যেংবিয়ু। ঐখোয়গী সমাজ 'সিদা
সমাজ 'সিগী মরক্ত, অশোয়বা কাংবু কয়াসি
কনামত্তনসু উশিন্নদে, কনামত্তনসু তেংবাংবিদে।
মসি ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈ মতমগী রাখলনি;
হুজিক্তী ঐখোয়না শোক্তিল্লক্লবা, শোযজিল্লক্ল 'সিদদি—।
নিলমনি—অদুগুম্বা অশোয়বা ময়ামদু মেনখৎনবগীদমক্ত
সংসার 'সিদ ইচা-ইশু পোক্লিবসিনি।
দিনচন্দ্র—চুম্মী! ইচাগী মতেং লৌবা তাবনি।
অদুবু—ঐগীদি নিঙোল অমখক্ত ঙাইজবসিদ;
চৎনবীনা মাবু পুনখিনি, মতম্ম মাবু চেম্থখিনি।
নিলমনি—হৌনবীনি, চৎনবীনি।
দিনচন্দ্র—হৌনজসন্থু, চৎনজসন্থু।
অদুম ওইনমক ঐনা খনবদি—!

নিলমনি—করি খল্লিবা ?

দিনচন্দ্র—মাগী মপাল তাংদুনা ঐনা হিংগে খল্লিবনি।

অদুনা চৎনখোক, লৈথোক-লৈশিন য়াবা

মাগী য়ুম্বাল চারগী মরমদা ঐসু হিংনিংঙি।

নিলমনি—হায়রিবা রাকমসিদি!

দিনচন্দ্র—শোঙ্জিল্লক্ল' মতমদদি, সেবা চংদবা য়ারক্তে।

নিলমনি—ও! ভাব তারে! ভাব তারে

মচাগী মপাল চানিংই, অসি নত্রা ?

দিনচন্দ্র—মাস্নি। মদুমক্তি ঐনা পামজবসু।

নিলমনি—মদু মচা পোকপা খুদিংমকী রাখলনি।

দিনচন্দ্র—হোয়, অসুম্না খনবা তাই,

অদুগা, জর্জ্জ সাহেবনা লেংথোকপিরক্লিবসিনা করিগী ?

নিলমনি—অচোবা মরম অমখকী—।

দিনচন্দ্র—করম্বা মরম!?

নিলমনি—থাইনঙৈগী রাকম অমা!

দিনচন্দ্র—নিংশিংবা ঙমদ্রে।

নি লমনি—ঐখোয়না ঙাংনরিবসিদা য়াওরবনি, অমুক্ত নিংশিংবিয়ু।

থাবল্লৈ—[চংলকপা] পাজি! পাজি!!

[অতোপ্পা মী উবদা হঙ্গোইনা চংখিবা]

দিনচন্দ্র—করি হায়'গেনে ?

থাবল্লৈ—কৈশু হায়দে।—[চংখিবা]

দিনচন্দ্র—হায়, কোফি অনিথক্ত শেম্লকউ!

নিলমনি—চংখ্রিবা হুপীমচা অসিবু কনানো ?

দিনচন্দ্র—হেয়া, ঐগী স্বপ্নীমচা থাবল্লৈনিনে!

নিলমনি—ও!—অদোমগী অঙাং!

[ফুরিংখাওদগী ফোটো লৌথোক্লগা]

য়েংবিয়ু! মসিনা ঐগী ইচাম্মুপানি।

রাফম অদু নিংশিংবিরিব্রা?

দিনচন্দ্র—ও! অদুগী রা ওইরে!

[অনিমক নোকমিন্নবা]

ও! ও!! চুম্মীনে, ঐস্মু কাওজদ্রি।

অনিমক য়ান-নবা, শোয়দনবা শিন্নসি।

নিলমনি—রামং য়ানবা হায়বদুনি, লাকচরিবা অসিনা মতাং চাবদা লাকখিগে তাংদাংবা নুমিৎ লেপ্পবা।

মহেশ—[চংলকপা] পাবুং।

নিলমনি—করি হায়নরে মহাক্না?

মহেশ—মহাক অমুক চংলয়োই হায়রে।

নিলমনি—করি হায়বা? চংলরোই হায়বা মীনা হায়নরিবসি চুব্বা তারে। [শাওহনা চংকে তৌবা]

থাবল্লৈ—[কেফি পুদুনা থোরকপা]

দিনচন্দ্র—[খাম্বা] ভাইখেনে মরুপ! কোফি পুথোরক্লে। হঙোইরুম্মু ইচাসিদি, টেবলদা হেক থম্মু।

থাবল্লৈ—[টেবলদা থম্বা]

নিলমনি—করি করি হায়খিগদবা লৈরি?

মহেশ—অদুগা, হোরেল ঐখোয় কাকানা অমুক্ত উন্নদবা য়াদে হায়রুচো হায়দুনা লাক্লিবনি।

নিলমনি—অহুগীরা নঙনা ঐবু খিবক্লিববো!

মহেশ—মাম্নি।

নিলমনি—ফরে, অহুদি নঙস্থু য়ৌথ্রো?

অহুগা সোরাদো থব অমুক্ত হায়নহুনা য়েংঙু।

মহেশ—মুপামচা অসিবু কনানো?

নিলমনি—ঐখোয় অঙাংগা তিল্লবা ড়াক্তর তম্লীবা ছাত্রনি।

থাবল্লৈ—[থোঙজিন ময়াদগী অমুত্তং হম্না য়েংলকপা।]

মহেশ—[চৎলমদাইদা অমুক্তং থাবল্লৈদ য়েংলগা, মিৎচানবা,

ইকাইনা থোকখিবা।]

থাবল্লৈ—[নোকফেং তৌরম্লগা চংখি।]

চাওবা—[চংলকপা] হাজুর! [সলাম তৌবা]

নিলমনি—করি হায়গে চাওবা?

চাওবা—অফিসার অমখক্না,

হাজুরবু উম্নদবা য়াদে হায়হুনা ঙাইহৌই।

নিলমনি—চৎলম্মো! [চাওবা থোকখিবা]

ঐদি ইকাও কাওরুরে, য়াম্না লুবা থবক্নি।

অহুদি ঐ অমুক য়োজখ্রগে?

কোফিসি ওন্থোক্না হাওগ্রে, অমুক চথোক১রকখিগে।

থোকখিবা—

( লাইট ওফ )

# অনিশুবা তাংকক্

## অনিশুবা উৎপা

ইবেমহলগী য়ুম।　　　　　　　ন্নুমিদাংবাইরম।

[ ইনা কুপ্পা খাংপোকশঙ, কিস্তরক্লবা শেমজিন্দ্রিবা য়ুম ]

[ শ্রীন্নু ন্নুঙাইতনা উখোংদা ঙাক্লুনা কপ্লি; মমানা খুদা কাংথোন অমদা নারু হোৌগৎলকপগী থর খজিক্কু: ফগৎলকপগী মওংদা হিপ্তুনা লৈরি। ]

ইবেমহল—অপংবী! করিগীনো নঙনা কপ্লিবা ?

ঐনা তৌজবা কর্ম্মনা ঐনা ফংজবা

নহালমুক তৌজরকপা কর্ম্মগী মহৈনি হন্দক ফংলিবা।

করিদি ন্নুঙাইফম লৈগনি, হিংলুবগী ঐখোয়না

লাইরবী নমা ওইবীনা ইচাগী নিংবা থুংহন্দ্রে।

[মমিত্তা ইরা চেল্লক্লুনা] 'তুগীন্নু মথক্ত ইচাগী লৌয়েংনবদা

মফম 'সিদ লাক্লিবনি। কপকন্নু! কপকন্নু ইবেম্মা;

নঙনা কপ্পা উরগা ইমানা হেন্না কপ্লিবনি॥

শ্রীন্নু—ইমা! [মমাগী মনাক্ত হোৎচিন্দুনা কোল্লগা কপমিন্নৈ]

ইবেমহল—কপকন্নু! করিগী কপ্লি ? [মচাগী মপী তৈথোকপি রক্লুনা।]

ঐখোয়ন ফন কপ্তুনন্নু অনৌবা য়েন্নিং হুল্লক্লরোই।

শোক্ল-পন্ন তুক্কচবা হায়বসিনা সমাজদা লৈরিমথে।

শ্রীন্নু—ইমা! ঐখোয় হিংলগুমসিন্না!

অস্তুক রাবা ভাইবংসিদ; কান্নত্রবা মপোক্লিকো।

ইবেমহল—শিরুরংগ হিংলকপনি, শিঙমদনা খাংদোরি।
অদুবু ঈশ্বরনা, মৈ ইক্তুনা শেংদোক্লিবা হায়বদুনি।
সনাবু খনিদগী ফংলবসু মৈকমদা অমুক শেংদোকপগুম
ঐগী লম্বীদ অপনবা লৈতনবা যজ্ঞ তৌরিবনি।
শ্রীমু—ইমা! নহাক লৈত্রবদি সংসারসিদ, ঐগীদি লোইরবনি।
কনানা ঐবু তেম্বাংবিগনি শাংলবা লম্বেলসিদ চৎনবা॥
ইবেমহল—খল্লমু! তুংগী খক খল্লুমু; ঈশ্বর লৈরিনে।
নোংদম্বনা তম্বা লাক্কনি, মতুনি পাংথোক্কদবা ইথৌ।
গুরু—[চংলকপা] ইচেমা!—
ইবেমহল—[নিংঙমদবা খোনফমদা]
মুঙাইগ্রবনিনা ঐখোয়বু কাওথ্রবনিনে।
গুরু—ইচেমা, কাওজদে করিমত্তা কাওজদে।
ইবেমহল—মতুনি মীওইবা।
মুঙাই য়াইফবা মীনা অরাববু উবিদে
মুঙাই-য়াইফবা মীগীদি থন্না লৈবনি মরুপ!
লাইর চুদংনবা ঐখোয়গী থোঙজিন্দ কনাস্থ লেপ্পদে
মসি মীওইবগী হৌনবীনি, মতুদ ঐ শাওদে।
গুরু—করিগীনো ইচেম্না, ঐবু 'তুক লান্না লৌবিরিবা?
ইচেমগী তৌবিমল মতম চুপ্প কাওজদে।
ইবেমহল—শ্রীমু! ইবেম্মা নংগী গুরুগী ফিদা থাউ।
শ্রীমু—[ফিদা পুথোক্কুনা থাবা]
গুরু—য়ারে ইবেম্মা। তৌবিমল থংদবা মীদি নংচদে।
ঙসি ঐনা গুরু ফংজরক্লিবসি ইচেমগী মপান্ননি।

অশুকপা উমং লৈবনা, হিংজবনি ঐখোয় শাশিংনা
উমং কোক্কে হায়তুনা লাংমৈ থায়কপা উবদা
উমংগী মপান্না হিংজবা শাশিংনা করি' কপ্লোইদগে ?
করিনো ঐঙোন্দা তাকপীয়ু, ঐগী তৌগদবা ইথৌ ?

ইবেমহল—ঐনা ঙসি থাংপোকশংসিদ 'মুক রানা হিংলিবসে
কনাগীমু নত্তেনে, ইচা মুংশিবৈ মৈননি;
রাকয়ৈ হিহোনবা কনানা, নৌবু থঙইদ' য়াওব্রা ?
পুন্সি ঈপাক লানবদ নৌতনা মতেংনি হিহোনবৈ।
মুংশিবা পূন্নমক্কে অহেনবদি, মচা মুংশিবা হায়বসিনি।

গুরু—'তুক রারোনা লৌবিমু ইচেমা !
তাকপিয়ু ! ইচেমনা তাকপিগদবা পুন্নমক ইগ্নগে।
থরায় থার ফাওবদা চেঞ্জরোই।
ইচেমনা তায়বা ইনবা হায়বতুতদি থোক্লম্লগে।

ইবেমহল—মচাগী মুংঙাইবা কুপ্মৈ. য়েংতুনা হিংজবনি মমানা
'তুবু ঙসিদি কদায় ?—মমা ওইবী ঐহাকসে।

[ মক লুকথখিবা ]

শ্রীমু—ইমা ! —

গুরু—করিগীনো ইচেমা, অরা মাইথোং লাংলিবা ?

ইবেমহল—লৈরাংগী ফজবা তাংলগা পোংজবনি লৈনানা
'তুবু ঙসিদি কদায় ? লৈকা থুদিংদ উনথাক্ল
উনথাক নংলবী থম্বালণী লৈকা-লৈনা থুদিংনা
কুমগাং লৈরাং মতৌগুম মাইথোং মকশিন হিংলিবা
মতুনি ঐগী পুন্সিমু—মতুনি ঐগী পুন্সিমু।

গুরু—তাকপিয়ুনে ইচেম্মা, করম ঙৌবা তারিবা ?
ইবেমহল—অচিকপদ লৈদুনসু মতোম্‌ত, মুঙাইজনবা মথক্ত
খংলবদি শেংবা কালা, মীওইবৈ মুঙাইনবা য়াওরবনি।
য়াই পুবা লিললা মতোম্‌ত লৈর' মুঙাইজবগুম,
কালানা য়াইবু ওইদুনা, নাইতোম তাবা পুক্নিঙ
মতেং ওইজগনি মহাক্কী হিংনবা পাম্বে মতোম্‌তই
অশেংবা কালা খংলবা কৈরবা মীশক অদুদি
মতোম্‌ত লৈবগী মুঙাইবা ফংগনি মরুপ তিম্নদ্রবসু।
মদুনি ঐনা পাম্লিবা হৈহন্নিংলিবা ইচাই মহৈশু
মদুইদমক্ত ঐনা গুরুবু, মফমসিদ লাক্লবা হায়জরিবনি।
গুরু—জগোই ঈশৈ 'নিনা মৈগা মুংশিংকা পুনবগুম
'দুগীসু মথক্তা নচাগী, থাজগী ইংলবা মাইথোংন
ঈশিংগী শক্তম লৌদুনা থোরকপা কালা অদুদি;
ঙমখৈ নাইদবা ফজবগী শুমহৎপা শক্তম ওইরনি।
মৈ-ঈশিং-মুংশিং পুল্লবা শক্তম উরুবদা
করিগী ঐখোয়না হায়রোইদগে ? ঈশ্বরনা থারকপা মচানি
লাকও! ঈবেমা হৌরসি, চংখোম্না নহৈ তম্নসি।
ইবেমহল-অহানবা গুরু নহাক্কী, মফমদা করম্না ইচাসি
গুরু দক্ষিনা কত্তনা, মহৈ তম্বা হৌগনি ?
পুরকউ ঈবেম্ম, গুরুগী দক্ষিনা; বোরিনবা ফি।
শ্রীমু—[গুরু দক্ষিনা ওইনবা ফি জুড়া অমা, পান তাঙ্গ
দক্ষিন-নচিংবা কৎলগা খুরম্মী।]
গুরু—ঐনা অশেংবা ওঝাগী ছাত্র মকৃত ওইরম্লবা
বর পিরি ঐহাক্না, লেপ্পমক মঙ্গল ওইসনু। [মানবিবা]

ইবেমহল—গুরু !

গুরু—ইচেমা।

ইবেমহল—অহানবদ করি রাগমা হৌগদৌরি গুরু ইশৈগী
'দুগা জগোইগীনা, করম্ব খুৎথেক্নগী তম্বীবা হৌগদৌরি
পুম্নমক্তে খাইদগী লুবদি পাররাগী অহানবা মকোকনি;
মকোক হৌবা শোয়হন্দনা, নিংথিমা তম্বীবু গুরুনা।

গুরু—রাগগী মরক্তগী 'স'সিনা অথোইবনি ইচেম্মা
জগোইগী মরক্তগী খুৎথেক্না অথোইবনি অহানবা।
'দুদি হুজিক ইরেম্মা, জগোই ঈশৈ হৌনবা
থৌরাং তৌরসি লাকও! শেম শারো হুজিকমক।
[শ্রীহু জগোই ইশৈ তম্নবা শেম শারবা তুংদ গুরুনা
জগোই ঈশৈগী অহানবা তম্বীফম থোকপা পারা তম্বীবা
হৌবা ইবেমহলনা হরাওনা য়েংলি,
ঙৈহাক তম্নবগী মতুংদা গুরুদু পোথারি। ]

ইবেমহল—মতম নাইনা কায়দনা, ঙসিগী মতমসিদ গুরুনা
তক্তনা শোয়বিদনা লাকপিসু, মমল য়ামদ্রবসু অতৈদ
মমা ওইবী ঐখোয়গীদি পাম্বৈ ওইজৈ মচানা
নাল্লবা লম্বী চৎপদা চৈশুগী মতৌগুম ইমানা।
ঙাঞ্জবগুম থাবলগী মঙাল্লা হুমিৎকী মপাল তাংদুনা
হিংজৈ মমা ওইবীসু মচাগী মপাল তাংদুনা।

গুরু—ফরে, ইচেম ঐহাকসু হন্নবা তৌজগ্নগে।
হয়েং তম্না লাকচগে, ঙসিগীদি হজগ্নগে।

[ চৎকে তৌবা ]

ইবেমহল—'মুক্ত ঙাইবিখো গুরু, করিগুম্বা হংলকপ থোক্লবা
লম্বেল লমখাংদ উন্নদুনা, ঐগী মরমদ
হায়দোকপা য়াদে খংলব্রা ? 'সুম্না হিংলি ঐহাক।
গুরু, কাওম্নু ঐনা হায়রিবসি —।
লেংলো ! লেংলো ॥

গুরু—ইবায় 'বুঙোদি ইচেতোনগী খুদোম্বীদ উংদুনা লৈগ্রবনি,
করিমত্তা থনবা লৈখিদে ইচে অমসুং অঙাংগী
নোংমা হোদোক্কে খল্লুই 'দুবু 'মুক হোদোক্লরোই
[ থোকখিবা ]

শ্রীনু—ইমা ! ঐখোয়বু —!।

ইবেমহল—লৈরি নঙগীদমকত, ঐ অমসুং ঈশ্বর।
হায়রকখিগদ্রা ঐগী ইচিনসিনা 'মুক ইপুন্সিদ
,সুক মুঙাইবা মীওইবৈ পুন্সি, করম্বা মতমদা
হায়রমদনা ইপুন্সিসিদ, লোইগ্রগদবনি 'সুম্মক।

শ্রীনু ইমা 'দুদি কনাগী আশাদ—
হিংবগী আশা য়াওদবা, পুন্সিসি করি কায়খিনি ?
অরাবগী অরাবা, কপ্তুনতা লেনবা ইপুন্সি
শাগী তিংখংনি, খংন-খংন-উরবমক্তদ
লম্বেলসিদ 'মুক- লমথুংফম য়োনা চৎপসি
করম তৌনা চৎসিগে, ইখোঙ থাংবা ঙম্লরোই।

ইবেমহল—ঈবেম্মা রাকুনু। অরাবগী ঙমখৈদ ফংগনি
নুঙাইবগী পন্থুং, মদুগীনি মীওইবনা রানরিবা।

শ্রীনু—ইমা ! — [ মমিত্ত ঈরা চেল্লি ]

ইবেমহল—কপকমুনে ইবেম্মা, অরাবা খন্দুনা থম্মোইসে
কায়হনবগী মহুত্তা 'মুক মুঙাইনবা হোৎনসি।

শ্রীনু—মতোম্‌ত—

লৈরমখিগদ্রা ঐগুম্না, লাইবক থিবী কদায়দা ?
করিগুম্বা মানা ঐবু মুংশিবমক্ত ওইরবা
শোয়দনা লাকখিনি মহাক, নোংমদি ঐবু থিরকপা
নত্তে—নত্তে লাল্লরোই 'পাম্বা, কল্লকপা, মীহৌবা
হায়বা অসি কনাসু, লৈতে শোয়নাইবৈ মফমদা,
শোয়নাইরবী ঐগুম্বী লাইথুং পল্লবী অমদা
অদুগীসু মথক্তা, পু-পাং শুনা নাওকোন্দ্রবী;
ঐবু কনানা মুংশিগনি, নত্তে ! নত্তে !! ওম্নরে
খল্লরোই ঐহাক, খল্লরোই ঐ। — খল্লরোই।
ঙৈহাক মুঙাইনবা লক্করম্বনি মুংশিবা ওইরম্লোই।
'দুবু ঐগী থম্মোইনদি, খোরাংলি মাবু তত্তন
মাগী মুংশি শক্তম্‌তবু 'মুক কুইবসি ঐহাক্লা
'সিগুম্বা রাখল খল্লরোই, সংসারগী মুঙাইবা য়াওররোই
তপ্যাসীনি ওন্দুনা লৈথ্রগে খল্লম্লগা ঙসিনা
ঐগী অশোনবা পুক্লিংনা মাবু তত্তনা মুংশিরি
মানা ঐবু মুংশিরবদি ঐবু লাক্কুনা থিরমগদ্রা ?

[ চেপ্তোক্কুনা য়েংলুরগা হঞ্জিল্লকপা ]

ও ! মহাক লাক্লরোই, কৈদৌমুংদশু লাক্লরোই; ঐগুম্বী
লাইথুং পল্লবী 'মদা মুংশিবগী আশা থম্লোই।

ইবেমহল—ইমাগী ইবেম্মা শ্রীনু—।

শ্রীমু—ইমা।

ইবেমহল—করিনো নহাক্কা খল্লিবদো হায়রু করিনোনে?

অঙাওবীদোনা নত্তোম্ত চোইরোল লোল্লিবা করিগীনো?
থাজরুম্মু, মুপা ওইবশিংসে। ইমাস্থ লৈশারক্লিবনি
অঙাংনা মৈ কিদবগুম মুংশিববু নঙনা কিদবা,
অত্নুগীস্থ মথক্তা, নঙগুম্বী অমদা কনানা
মুংশি মিৎয়েং থৌজানগী, মিতাবিনিঙাই লৈগদগে?
মুংশিবা নত্তে, নহাওইবশিংন পাম্লিবা মুংশিবা 'দুদি
শুপ্নগী অপাম্বা, কল্লকপা, মীহোৎনুগী খাংঙমদবা
ঈখৌ লাংবা 'দুতনা লমজিংবা মুংশিবা 'দুনা
তুং কুইনা থম্মোইদা তুংবা য়াবা নত্তেনে॥

শ্রীমু—ও! — ইমা,

থাজক্কবা পূম্নমক অরানবা ওইবা তারবা?

ইবেমহল—মাম্নি, অরানবনি। অপাম্বগী ঈখৌলাংবনা

খাংঙমদবৈ 'দুক শারিবনি, মুংশিশম্নবা মুংশিবা।

শ্রীমু—নত্তে, মত্নু ওইথোকপা য়ারোই।

ইবেমহল—তুমিন লৈযু তানিংদে, পূম্নমক খংই

নঙনা খল্লিবা আশাদু, খক্ ওইবা য়ারোইনে?
লৌনম তাৎপু থাজবা মুংশিবনি হায়না থম্মোইনা।
মত্নুগী নিংঙমদবৈ মৈরিনা, চাকথেক্কনি থম্মোইদ;
কান্দবদ অপংবী, খল্লুমু মাই ব্রাখল।

শ্রীমু—ঐগী 'স্থক মুংশিবা ব্রাখল 'সিবু নহাক্কা

অনৌবা ময়োল শম্মা, চাকথেক্তুনা মাংহনবগুম

ঐগী আশাই আশাসে মুংশিৎতা মৈ পুবা,
তাত্নুনা তোক্লগদ্রা ইমা ? কান্নদব অরেম্বদা।
ইবেমহল—লাংবন থাদ খোংবা নোংগী তাৎপু নোঙ্গৌবিনা
চুরক্কনি হায়না থাজবদি নিংঙমদবা লাক্কনি।
শ্রীমু—নহে, মহাক শোয়দনা লাক্কনি।
লেপ্পনি ঐগী থোঙজিন্দ মুংশি মিৎয়েংগা লোয়নননা,
করিনো মতুদ ঐনা, পিগদবা পাউখুম মাঙোন্দ।
[মতোম্ত থোঙজিন ময়াদ থোক্লগা]
অউবা থেংনবা কয়া, উথিতুনস্থ ঐহাক্লা
মাবু থেংনবগা খনখিবা 'সিগুম্না খক খনখিদ্রি।
লিশিং-লক্ষা কয়া উরক্লিবনি ঐনা ঙসিফাওবা
'তুগী মরক্তগী মাতবু, খন্দোক্লগা ঐনা খল্লুবা
ঐগী থম্মোইগা চানকবা মসিনি লুরিবা হায়ববু
মসিবু ঐনা শিল্লিব্রা নত্রগা মানা শিল্লিব্রা ?
অশিনবা 'মদি লৈরে 'খোয়নিগী মরক্ত কনানোমা।
শ্রীমু—অকায়বা রাদ লমদাগী মুংশিৎনা ফন য়েতুনস্থ
থোকপা য়াদে ৱাঁশিগুম মুংশিবা শুর 'তুদি;
চীংদগী লোইরোই হুম্রকপা 'যুক্তী নামিবা মুংশিৎনা
লিরি হুম্বদা থোরকপা অকায়বা রাগী রাখুন্দগী
মুংশিনা মিরবা খোঞ্জেল শুমহৎনবা শুর হায়বদো
মাইয়োন চানবনা ওইরিব্রা নত্রগা তাঞ্জা চানবনরা ?
মতুনি মীওইবনা খল্লিবা 'তুম্না তাঞ্জনা মীওইবৈ
লাইবক শেম্বগী মতৌগুম ঐগী মুংশিবস্থ 'তুগুম্না

শেংলবা মন্দির 'মদা মরু হূনখিবা মুংশিবনি
'দুবু ঙসিদি মহাক, ঙাইজবা নাক্ত লাকপিদ্রি।
[য়াম্না নিঙমদনা হঞ্জিল্লক্লগা
লৈ পরেং লেংবা হোবা]

ইবেমহল—খুমু মকুম মাবগুম খজিক্তং লেংবদা য়ুহারাবগী
খজিক্তং শোয়বদা মুংশিবসু হেক্ত তোক্লবনি অরেম্বদা
মুংশিনবা 'নিমক্তী থম্মোইদা শেপ্পা লৈনবা য়াদে।
'শেংবা থম্মোই ওঙনরবতদা, মুংশি মরা চেৎপনি।

শ্রীমু—[শাওনা] খিৎ ঙাংবিরক্লগমু তানিংদে

ইবেমহল—অপংবিসিদি, ইরোইবা হৈবা মী উরগা [য়েংলগা]
ঈরোয়বা হৈনি খন্দুনা ঈবোইবা হৈতবা মহাক্না;
ঈপাকসি লানগে থোরাংলিবদো, ঈরাক্লদুনা শিগনি।

শ্রীমু—শিগ্রসমু, শিরগত পেল্লনি ঐগী থরাইসে।

ইবেমহল—মহাক্লদি খংগ্রব্রা নহাকপু?

শ্রীমু—খংগ্রব্রা হায়বদি ঐগী য়ুম, লৈফম।

ইবেমহল—নত্তে, শোয়নাইরবী, লাইথুং থুংলবী 'মনি হায়বসে।

শ্রীমু—[য়াম্না মুংঙাইতনা] খংখিদে।

ইবেমহল—খংলক্লগা মহাক্না, নঙবু মুংশিবিবসে নিংহন্নখিনি।

শ্রীমু—করম্না? ওইথোক্তবনি, মদু ওইথোক্লোই।

ইবেমহল—করিগী ওইথোক্লোই?

শ্রীমু—করিগী ওইথোক্তনি?
মুংশিনবদা মদু থাইব্রা? খেন্নবা থম্বা?
ঈরোং কয়াগী ঈচেলসে তিনগদবনি ঈপাক 'মত্তনি।

'শোয়বা খংহুনসু হকচাংগী খক শ্রীনুরোই মহাক
মুংশিবদি মুংশিবগীনি, খক হোংবা লৈতবনি।
ইবেমহল—[করেম্লনা] নওনা খনবনা 'চুম্বা ওাক্তনা ?
ওসাইদগী নওনা ওাইরিবা, অরেম্বা তারবনি পুন্নমক।
নংতনা পংথন খঞ্জবা মানদি কৈত্ত খন্দবা
অয়েকপা শক্তমদ কৎলুবা, তাহুনা তোক্লপত্রা লৈবাংপরেং
মুপীগী মুংশি ঈচেলনা থিনগাইগে হায়হুনা মুপাগী
মুংশি খংদ্রবা রাখলগী, নুংগুম তাশিলবা থম্মোইদা
শাফু কন্না রৈরিমথৈ, কায়বগী মহুৎ লংখংলকই;
ইবেমহল—মতুগী মতৌগুম নহ'ক্কী থম্মোইনা নিংজবৈ মতিক
মানা করিসু খল্লমদনা, কনশ্রিনখ্রবদি নুংগুম থম্মোইদো।
শ্রীনু—কনগে হাযবসু কল্লসনু, থোৎকে হাযবসু থোৎলসনু
ঐনা মাবু মুংশিজবদি খক হোংলরোই ইমা!
সোরা—[মক্লুংদগী]—মকপ !
ওইজসনু মাসু 'মা হেক্ত 'হুবু ঐই মুংশিবদি
খক খেন্নবা থমদে 'মগা 'মগা করিমত্তা;
নত্তে' নত্তে!!—ঐ মা উন্নদবা য়াদে।
শ্রীনু—থাজদবা হায়বা রাখলগী, শোম্থহল্লবা পূক্লিংনা ঐগী
মাবু মুংশিবগী রাখলদৈ তত্তনা থাদোক্কে খল্লকপা
নিংতমদবা থর্মোই 'সিনা খল্লুরগা হেন্না রারকই।
থিরুখিগে, শেংলব মন্দিরদা লৈরমগনি ঐবু ওাইহুনা।
[লৈগী পোলাং পুহুনা চেম্ভোকখিবদ. সোরানা চংলকপা
থেংনবদ লৈগী পোলাং হৈদোক্তুনা সোরাগী মখোঙ মথক্তা

হৈজিনবা, ইকাইনা লৈখোকপা ]
ঙসিদি শেংবা কংজরে, সনা খুয়া থম্বান্দা
কুইনা খঙ্গরক্লবা ঐগী আশা 'মখক ঙসিদং
লৈরাং শিংনা চাইখত্তুনা নিংজবা আশা 'মত্তং
'হুবু লৈরি 'মখক্তং—নিংজরিবা মতম চুপ্পদা,
হন্না য়েংবদা কনা লৈজদ্রবা ঐই পুন্সিগী
মরুপুংগা নঙনা ওইবিরবদি পুন্সি সে পেঙ্গরগনি।

শ্রীমু—ঙসিগীদি ওইরে নঙাক্না ঐগী ঈশ্বর হায়বহ্ [চংলকপা]
ইমা !—মহাক 'হুনি লেপ্লিবসে।

সোরা—[মমা উবদা ইকাইনা]
চিংনবা, থাজদবা থমগনু ঐবু
করিগীনো খংদে ঐ' নহাক উদ্রবদি লৈঙমদে।
'হুনা ঐনা সন্যাসিদগী মতম কয়া চংনা
নঙগী শাংকম খংলগা থিবা লাক্লিবনি ঐ।
'কিবা লৈতনা চেল্লক্লিবনি, কনাস্থ করিস্থ ঐ।

ইবেমহল—চংলকউ ইবুংঙো, চিংনমু, ফম্লোলাও!
ফিদা পুরকউ ইবেম্মা।

শ্রীমু—[ ফিদা থাই, ইকাইনা য়েংই ]

সোরা—[ফম্বা, ইকাইনা য়েংই ]

ইবেমহল—স্বর্গ অমস্তং নরকী লম্বেল 'নি তুনা
খংল উর' নহাক্, স্বর্গগী লম্বেলদৈ করম্না
শিঙেল লৈরাং অমৈদমক, লৈরাংহুস্থ কংহুনা মাংলগদবা
নিংহন্নবা রাখলনা লমজিংহুনা নরকী লোকখাদ কুম্লক্লিবা;
পাম্মুই পাম্মুই নপুন্সি—মাংথিবদো ঐখোয়গুম্না।

সোরা—থম্মোই শোক্ক কৌরকপা তাররমক্কদ ঐহাক্কা
মাংদ মনি মুক্তা খুনগনি হায়ত্নুনম্বু ঐহাক্না
মীওইবৈ মুংশি লিচত্তো, থাদোকসিগে করম শাগুম্মা।
সোরা—পক্তুনা পুম্নগদবা, কংহুনা মাংলগদবা শিঙ্গেল লৈরাং;
লৈরাংগীদমক্ত ঐহাক্না নোরোক্কী লোকথাদ কুম্লবম্বু
মুংশি খংবা থম্মোইগী তাইবং মীওই মপোক্নি
হায়বসিদং উংলম্নগা; কংহুনা শিরম্বু শিমিন্নগ্রগে
পক্তুনা ম্যাংলম্ব মাংমিন্নগ্রগে, 'হুবু, 'মীওইবৈ মুংশিবা'
'হুতংনি ঐনা উংনিংলিবা, সমাজগী মুংশি হৈত্রবা মফমসিদ।
ইবেমহল—মহু নঙগী চিন্তগী চিনফেন ফবা বাঙাংনি।
সোরা—নত্তে, তশেংবনি থম্মোইগী, থাজবিয়ু।
লেপকং থাদ কমিন্নবা লৈরাং কয়া চোংলকই
বসন্ত য়েন্নিং হুল্লকপা 'নৌবা ঋতু চংলক্লগা।
হুবু, থানবদি লৈতে—পামেল উরি 'নিনা ;
মতম অহু লাক্লগা হরাও মোমোন নোক্তুনা
পামেল নাক্ত উরিনা উতোল লোম্মা য়েংচখি।
মপোক লাংওন 'মখত্তনা লোইরে খন্নদে মীওইবা
ঙসিন লোইরে তাইবং, নত্তে হয়েংম্বু থাজনরি।
মপোক লাংওন কয়াগী তিন্নবা মুংশিনবা লেংত্রবা
মহুনি ঐনা পাম্নিবা, মুংশি পম্বু 'হুদি।
মশক মমিং খংখিদে কনানো করিনো হংখিদে
থিরুবৈম্বু থোইনা কান্নদে, অহানবা উন্নবা মুমিত্তা
ফাওরকখি কৈনোম থম্মোইদ, মহুনি ঐগী মুংশিবা॥

সোরা—[শ্রীগুরোমদ ওনশিন্নগা] কুইনা তুংভুন লৈরগদবা।
মত্থগা মান্না মানস্থ, থম্মোইদা ফাওয়ন্নবা কৈনোম
পোক্নমগনি মানস্থ মুংশিবা; থম্দে থেন্নবগী কৈদৌন্নুংদ
ওইসনু মহাক হেক্ত 'মা 'তুবু মুংশিবদি লেংদবনি।

শ্রীমু—[মতোম্ত ইকাইনা শোন্থাংনমা শোক্ত্বা]
ফাওথি ঐগী থম্মোই' হায়ফম থংদবা কৈনো'মা
মতুদৈনি মাগী মন্নমদ থনবা হৌগ্রবসে ঐমা।

সোরা—হায়ন্ন, কন্নিগীনো ঐবু 'তুক চিংনন্নিবা ?
চিংনবা কন্না কোক্কদগে ? রাকমতুম্ তাকপিয়ু।

ইবেমহল—থংদ্রিবৈংদি থংদ্রিবৈংনি, কন্নিগুম্ব থংলবদি
নংনা ঐগী ইচাবু মুংশিবদি ওইথোক্তবনি।

সোরা—কন্না ?

ইবেমহল—[মচাগী মফি হায়দোক্তুনা]
য়েংউ মহাক অসে লাইথুং পক্কবীনি।
'তুগীম্ব মথক্ত লাইথুংসিনা মন্নম ওইদুনা সমাজদৈ
তোথায় তাহন্নবী মাগুম্বী, 'মদ মুংশিবা পোক্নুন্নিবসি;
শুম চান্নবা ন্নুন্নীনা, শেমগৎলুবা আশাই য়ুমগুম
মতম কুইনা থাংদুনা লেপ্পা য়ারোই কৈদৌন্নুংদ।

সোরা—ওইজসনু, তেক্তুনা ননগে মঞ্জসনু,
শিবা হায়বসি নোংমদি, মীওইবা থুদিংনা শোইদ্রবনি।
মতুগীদমক্ত ঐনা চিংনতুনা নুংশিবা হায়বসি থাদোকথিগদ্রা ?
মীথানবিদ্রবা সমাজনা, লাইথুং থুংলবী মহাকসে
মমল য়াম্লবনি ঐঙোন্দদি; ফংজরবদি মহাকপু।

লৈঙোই মরিক 'মত্তং কোঙ্গেংগী মম্বাল চংখিবদা
'মুক্তা ওনবগী মতৌগুম, মীথানবিক্রবী সমাজনা
লাইথুং থুংলবী মহাকসে, ঐগী নাক্ত কংজরবদি
মুক্তা ওনবগী মতৌগুম মমল য়ামগ্রবা ওইরক্কনি।
শিজিন্নবা খেন্নবগী মতুংইন্না, মমল লেপই পোৎকিস্থু
খেন্নবা করিনো মীওইবদা, মহাকস্থু নুপীনি, মীওইবনি।

শ্রীমু—[মমাদ মুঙাইতনা য়েংলগা] ইমা।

ইবেমহল – লাইথুংসিনা, মাদ নঙনা নঙস্থু পক্লকপা য়াই
করিগুম্ব নখোয় 'নিনা লৌন-লৈন তারবদি
সমাজনা নঙবু ইস্থোক্কনি, খলহৌ মদুদুম হান্ননা;
লাইথুং'সি পক্তুনা সমাজনা নঙবু নোংম
ইস্থোক্লক্লবা মতমদ, মাইরোং য়াবা ঙমলগদ্রা।

শ্রীমু—ঐগীদমক 'ঢুক রানা, লেনগদৈ শকক 'তোপ্পা
অফবা 'মা য়েংদুনা, লেনবিকরো মুঙাইনা।
লাইবক থিবী।ঐগুম্বী অমগীদমক অদোমগী পুন্সিবু
করম্না লমখাংদ মাংহন্নি ঙমজরোইনে ইহাকথং
'ঢুক নিংথিবা হকচাংদো, লাইথুংনা করম শোইনাইহন্নি।

সোরা—নত্তে, মদু হায়হৈদে—
নঙগীদমক্ত লেপ্লবনি ঐদি শিরবস্থু চংলবস্থু,
করিগী 'মুক নিংহন্নগনি; সমাজনা ঐবু ইস্থোক্লবস্থু
নঙগীদমক লেপ্লুই হায়দুনা, ইস্থোক্লবস-ইস্থোকগ্রসন্থু
ঐগী শেংলবা হকচাংদ পক্লবস্থু লাইথুং মচেৎ-মচেৎ
নঙগীদমক্তনি। মুংশিবা পক্লবা মীওই' সমাজসিনা

ইম্হোক্লবম্ ঐখোয়নি, চৎখিসি কৈদৌবগে লাপ্না
সমাজনা উত্রবা, নোক্লবা লৈত্রবা, শেংলবা মফম 'মদা
ফংলক্কনি শোয়দনা, মহুদ লৈমিন্নক্লসি।

শ্রীমু—ঐগীদমক্ত অন্না ঈপাক্ত, চিংথদুনা নংবু মাংহনবা
ইতিক নৎচদে, মহু ওইথোক্তবনি।

সোরা—ঐবু থাজদবা পোক্তুনা, করিগীনো চিংনরিবা ?
হায়য় ইমা! মীচং লৈত্রবা মহাক্কী সমাজসিদ
মীচং ওইমিন্নদুনা ঐখোয়নি, চৎচগে! চৎচগে।

ইবেমহল—পুকচেল চাউবা ইবুঙো সমাজদা ঙসি মহাকপু
নঙগী মুপীনি হায়দুনা পুখিবদা ইমাগীদি
হেন্না লাইবক ফবনি, 'দুবুনে চিংনবদি—
নঙগী অহল লমন্না কবম্না ঐগী ইচাবু
লাইথুং থুংবী অমনি, খংন কবম নহাক্কী
শাগৈদ তিনবা হায়বসি থাজবগী রাংমদ লৈরবনি।
মপাগা ঐগা খৎনদুনা, তাম্হোরকপসু ইচাগী হাক্কনগীনি
ইনখৎলকপা মতমদা মীওইবৈ মরাইথুং 'সিনা ইচাবু;
সমাজদগী ইম্হোক্লবা, মী তিন্নবা য়াত্রবা মতমদা
ইচাবু করম হুন্দোকসিগে, হায়দুনা ইমানা তুংইল্লকখি।
শিঙেল লৈবাং ওইবীনা ফন ফুগাইনা শাত্তুনসু
অথুইবা লৈনা উরগা হনখিবা ঙাক্তনি খোইমুনা,
'দুগা খংউ মসিমদি, লৈশক-লৈচু লৈনানা
লৈহিগী চাং লেপ্পা হায়বসি য়াত্রবা রাফম্নী।

সোরা—চৎলসি মন্দির 'ঢুদ নঙগা-ঐগা উন্নখিবা
 হুমিৎ 'ঢুগী অহানবা/ শেংলবা মুংশিবদু শাংথনা
 লৈননবগীদমক্ক নং-ঐ, লুহোংলুরসি ঙসিদি।
শ্রীনু—[ইঙক-ঙক্ক]—লুহোংবা!
সোরা—অং! লুহোংবা তারবদি নহাক্লস, থাজরগনিদ।
 পকমিন্নরবস, লাইথুং তাম্থোক্লবস, সমাজনা
 ঐনা নংগীদমক্ত লেপ্লি, হায়বসি ঈশ্বরনা থাজনবা।
ইবেমহল—ইবুংঙো নহাক, নংগী ব্রাখলদু—।
সোরা—শাগৈ নাতৈ মরুপ-মপাং, করিস, লৈতে
 লংলা 'মত্তদা লেংবা মুক্তা পরেংগুম মীওইবনা
 মুংশিবা হায়ব'সিতনা 'পুন্দুনা লৈবনি জগৎসি
 মদুবু য়াওদ্রবদি লোইনমক তোখায় তাগদবা ঙাকৃতনি।
 লাও, চৎলসি লাকও, ঐখোয়'নি।
 [শ্রীনুগী মখুদাং পায়দুনা চিংবা]
শ্রীনু—[ইকাইনা] তশেংনা পুন্সিসি ঙম্লনি অরা ঈপাকত ঈরাক্লবা
 'ঢুগা শিমিন্নখিসি, মসিনি ঐবু মুংশিবদি।
সোরা—মদুনি ঐনা পাম্লিবা, ইম্থোকপিরবা সমাজনা
 তাকপিরবা নহাকসে মমল য়াম্লবনি ঐগীদি;
 থরাইনি, পুন্সিনি, নহাক য়াওদ্রবদি হিংলরোইদবা কান্নদ্রবা
 চৎলসি লাকও। 'মুক থেংগ্রগনি—থেংজির্গ্রক্লে।
শ্রীনু—ইমা—। [মমাদ চিংন য়েংবা]
সোরা—চন্দন পাম্বীগুম থিজরকপা, শুকপা উমংদ ঙসিদি

ফংজরে, অতাংবা, মমল নাইত্রবা পোৎসে ইখুৎনা
চৎলসি—ঈশ্বরনা 'মদি নংগী পুক্লিংনা থাজনবা।
[অনিমক থোকখিবা]

ইবেমহল – মপান্থোংগী হকচাংদ মীওইবৈ, লৈত্তে হুংশিবা খংনবা
লৈশক-লৈচু লৈনম্না লৈহিংগী চাং লেপ্তবগুম
হুংশিনবগী চাংস্ লেপ্তে মপান্থোংগী ফজবা খরতনা
অশেংবা হুংশিবগী চাংদি থম্মোইতনা লেপ্পগদবনি।
থাজবৈ য়াংমদা লৈরম্মী, নুপা 'মা সমাজদা
মতুগা গুসি থেংনখি, মীওইবনা মীনুংশি থমদ্রবী
সমাজগী থোঙজিন্দ তাম্থোক্লবী শোক্ল পন্ন তুক্কচরবী
নুপী মচা অমবু কয়াদ মথৌনা লৈনা
খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নখিবনো ? সমাজ "সিবু শিংনরম্লগা।
[মচানা চৎখিবা মাইকৈদা চিংনা য়েংহৌবা]

[লাইট ওফ]

# অনিশুবা তাংকক্

## অহুমশুবা উৎপা

**লাইশং।** **নুমিদাংবাইরম।**

[ লুহোংবগী থৌরাং লোইরদুনা সন্যাসী 'দুনা শোল্লদুনা অনিমক লৈ-পরেং অমমম পাইদুনা হুক্লে, ইকাইনা লৈথোক্লবা ]

সন্যাসী—মঙ্গল ওইযু অনিমক
কুইনা শাংথনা নুংশিনবা ঈশ্বরনা পিনসনু।
[ লাইশং মনুংদ পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। ]

সোরা—হুজিক্তী ঐহাকপু থাজরব্রা ?

শ্রীনু—[ ইকাইনা ওইননা ] খংদে !

সোরা—খংদে ! হুজিক ফাওবা খংদে।
ঙসিগী নুঙাইরবা শেংলবা নুমিৎ 'সিদা
নিংশিংলকখি ঐদি, নঙগী শুমহৎলবা ঈশৈ 'মা
মদুনা ঐগী পুন্সিগী অরাবা কোঙ্গাই কাওথোকখিবা।

শ্রীনু—নুঙাইবগী ঙমখৈগী অরোইবদি লুহোংবা নুমিৎ 'সিনি।
মসিদৈ 'মুক কুমথরক্লগনি, অরাবা ঈপাকৃত ঐখোয়নি॥

সোরা—ঙাইখো, 'মুক কুইবসে ঐদি,
নঙগী নমিং হংলুদে, হায়য়ু করি কৌই ?

শ্রীনু—শ্রীনু !

সোরা— শ্রীনু হায়বা। কয়াদ ফজখ্রবা
নঙগী নমিংসি খংদুনা হান্না কৌজবা ফংলম্নবদি
কয়াগী মতিক পেল্লমগদবা। শ্রীনু! সোরাগী শ্রীনু॥
অস্তুক কুইনা মুংশিবসি, ঐনা নঙগী নফমদা
মুংশি খুদোলপোৎ 'মচুং পিগে হায়না নিংলকপা
ঙসিদি ইখুৎন থো'ন লৈতেংজবা ফংজরনি।
[ পুরক্লিবা ইন্নফি অদু ইনশিনবিবা ]

শ্রীনু—নঙগী মুংশি খুদোলপোৎসে, তুংশিবগী 'নিশুবা শক্তম্নী।

সোরা—পুন্সিগী মমল য়াম্নবা ঙনি হায়বা মুমিৎসিদা
মতম অমগী নঙগী শুনংংখিবা জগোই-ঈশৈদো।

সন্ন্যাসী—অকা-অকম নাইবা মীওইবৈ পুন্সিনি।
মুঙাই য়াইকরিদৈ ঈশ্বরবু লল ওইনা তাশিঞ্জো
হয়েং অরাবা তারক্লবদা অরা' মতেং কোক্লবা॥

শ্রীনু—মুপী ওইবী ঐখোয়গীদি ঈশ্বর হায়বু মপুরোইবনি
অদুনা ঐনা করম্না ইপুরোইবৈ য়াথং হিক্কোক্লনি।
[ পুংলোন হায়দুনা জগোই শাবা ]

মহেশ—[চংলকপা] সোরা!

শ্রীনু—[ জগোই শাবা লোইশিন্দনা সোবাগী মনাক্ত চেনশিনবা,
মখিনা লাইমুং পক্লিবা মমাই তথ্যাই, মখুৎনচিংবা খুমজিনবা]

সন্ন্যাসী—মাগুম্না মরাইবক থিববী, সংসাব 'সিদ লৈত্রবনি
মাবু মুংশিবিমু, মীওইববু মুংশিবা চানবিবদি
ঈশ্বরনস্ত চানবিবনি, মীওইববু মুংশিগদবনি।

সোরা—চিংনবা করিস্ত লৈতনা, মাবু মুংশিখি
পুন্সি 'সিমগী থাদোক্লরোই খনখ্রবনি, হোংলরোইদবনি।

মহেশ—সোরা !! নহাক মফম 'সিদা।

সোরা—শ্রীমু ! করিগীনো নঙনা কিতুনা ঙক্লিবা
য়েংউ মহেশ ! মহাক 'সিনি ঐগী শ্রীমু।
ঙসিদগী ওইরবনি ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী।

মহেশ—লুহোংগ্রবা নখোয় 'নি ! ?

সোবা—অং লুহোংলবনি।

মহেশ—লুহোংলে !

সোরা—কবিগীনো নঙনা মতুদ চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংলিবা ?

মহেশ—থিরক্লিবা কুইরবনি ' হুজিকমক চত্তবা য়াদ্রে।

সোরা - কবিগী ?

শ্রীমু—ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎখিবা তারব্রা ?

সোরা—চৎলোই, কৈদৌঙৈদশু চৎলোই।

মহেশ—[ হুংসাস্বব মপী হোল্লতুনা ] অরাবদি ....।

সোরা—কৈদৌববা ?

মহেশ—মকপকী পাবুং লাইকন্নহুনা লৈহৌবি।

সোবা—পাবু বো।

মহেশ—মান্নি মকপ ! এক্সিডেন্ট থোক্তুনা শাথিনা শোক্রে।

মহেশ—মান্নি, অতুনা ঐনা নঙবু থিবা লাক্লিবনি।

শ্রীমু—নহাক চৎপা তাবব্রা ?

সোরা—করিমত্তা চিংনগনু। ঐ 'মুক হন্নাকখিগনি।

শ্রীমু—করিমত্তা চিংনজদে। 'তুবু—

সোরা—'তুবু কৈদৌরবা !

শ্রীমু—মীরোল তম্বীবা থোক্লবা, পোন্দ য়োক্তুনা থম্বীবা

তেনব্রাগুম্বা উচেকপু; পাইবা ওমদনবা মনিংতম্মা;
উহৈ ব্রাহৈ পিজত্নুনস্তু মতুনা করি কাম্নরিবা। ?
থাদোকখিবনা হেম্না কৈ, মনিংতম্মা পাইজনবা।
খন্তুবিয়ু! ঐহাক কনানো? হান্নবা খংবিগ্রবনি।

সোরা—অতুক পাংদবা, পুকচেল পিকপদি নত্তে।

মহেশ—কানুনবা লৈত্রবনি, 'মুক থিম্নবা, পম্নবগী।

সোরা—মরুপ।

সন্যাসী—মসিমদি খংখো, 'তুগা মুননা তাশিনখো।

সোরা—তাকপিয়ু সন্যাসী?

সন্যাসী—মান্নদে লৈচিনগী মচুদি, তত্তনা অহোংবা নাইবনি।
মুংশা মঙালগী মতুংইন্না. অয়ুক, মুংথিল, মুমিদাংব্রাইরম।
মীওইবৈ তাঞ্জা মতমসিনা পূক্লিংবু তত্তনা ওলহল্লি
মখল মথেল কয়াগী মচু মচু তত্তনা॥

সোরা—নত্তে, মতু ওইথোক্লোই। শ্রীমু

মহেশ—মরুপ! থেংথবগী কাম্নদ্রে।
[ সোরাবু চিংতুনা পুখিবা, শ্রীমুদ চিংন য়েংলম্বা ]

শ্রীমু—[ নিংঙমহৌদবৈ মিৎয়েং ] মহাক চৎগ্রবা?

সন্যাসী—শ্রীমু!

শ্রীমু—সন্যাসী! ঐহাক অমসুং মাগী ব্রাখল
সমাজগী মিৎয়েং অমসুং ঐগী চংজফম।
[ নোকফেৎ তৌনা ] তম্নুখিগে, ঐগী লুহোংবগী
মুঙাইবা ইপাউসে, ইমাগী মফমদা [ চেনখিবা ]

[ লাইট ওফ ]

# অহুমশুবা তাংকক্

## জত্তর্জ নিলমনিগী য়ুম।

নিংথিজবা মাঙ্গোন্দ পারটি তৌনি হায়বগী টেবল, চৌকি সোফানচিংবনা থগ্ন অহু দেকোরেসন তৌদুন শিল-লাংলি। ]

চাওবা—পাউ'সিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি
কুম্মেসি ফন মুঙাইদৌরি, ভাবোক ওইদবা য়াদে।

নিলমনি—[ থগ্নাই মুঙাইতনা থোরকই ]
বাফম অহুনা 'চুম্বা তারবদি
ঐগী ইচানা ঐগী থাজবা মাংহল্লবা ?
সুক ইকাইবা নংদৈ শরুক, শিখিবনা হেল্লা ফরবা
কদায়দা মানা শোয়খিহুনা করম্না মহুদ চংলুল্লিবা ?
চাওবা, মানা করিমত্তা খংহল্লমদ্রা ?

চাওবা—মানা হায়রম্বা হায়ববু
ঐগী পুন্সিসে হিংনিংদ্রে, তাইবং পান্সিদা পান্নিংদ্রে।
কল্লক য়েংথিবনা থল্লবা মীম্নুংশি থংদ্রবা মফমসিদ
মহুগী মহুত্তা চিক্লা চৎচগ্রগে মফম 'মদা।

মহেশ—[চংলকপা] পাবুং

নিলমনি—কদায় ! সোরাদি য়ৌরক্লত্রা ?

সোরা—[শাওনা] মরুপ ঐওোন্দফাও মীনম্লবা ?

নিলমনি—নঙগী মরুপ্তুগী মরাল নত্তে।
নঙগী অরানবা রাখন্দু চুমথোকপা পাম্মী
সোরা! ঐগী থাজবা মাংহনগনু। চাওবা!
পুং মরি তাশিন্নক্লে, থোরাং পুম্বা লোইরুরো।
চৎলো, মী লাক্করগনি মতমসি থেংজিল্লক্লে।
সোরা! হায়য়ু তারিবা পাউ 'সি অচুম্বা?
সোরা—করি পাউ?
নিলমনি—নরাইবক্ত নম্নীবা সিন্দুরতুগী অর্থ করিনো?
নঙকশমদ শিরিবা, কনাদগীনো? করিগীনো?
সোরা—লাই খুকম্মুবগীনি।
নিলমনি—কৈদৌরবা মথাদি?
সোরা—মসি হায়দোকপা তাৱবদি
থোনা অমথক্তুং ঐঙোন্দ লৈবা তারি;—
অতুগীসু মথক্ত, অশেংবা মশক থংনবৈ চাংয়েংনি।
নিলমনি—করি হায়বা! চাংয়েং!
সোরা—মীওইববু খেন্নবা য়েংবা, মিংয়েং অসিগী মহুত্তা
খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমা পুথোক্কদবনি।
নিলমনি—তুমিন লৈয়ু! [শাওনা]
হায়য়ু, তারিবা পাউ 'সি চুম্বা হায়য়ু!
সোরা—করি পাউ?
নিলমনি—সমাজনা ইম্বোক্লবী, শোক্ল-পন্ন তুক্কচরবী
লাইথুং থুংবী 'মগা মরি লৈনৈ হায়বসে!
সোরা—হোয়! ঐসু অতুম্মা খল্লি।

নিলমনি—নত্তে, নঙগুম্বা মীওই অমনা……।
সোরা—মরি লৈনবদা নত্তে!
ঐখোয় 'নি তুমিন্না লাইশং 'মদা লুহোংগুরবনি।
নিলমনি—করি-? [খুবাক্সা থাবা] লুহোংলে হায়বা।
মহু থক ওইথোকপা য়ারোই।
সোরা—লৈবাক্কী বায়েন-থৌদাগী বীচার তৌবা ডম্বদি
মীনম বাহয় 'মদি চিরোলগী শেল কয়ানা
অচুম্ববু অরানবা, অরানববু অচুম্বদা ওম্হোকপা;
করিম্সু ওকুভাই লৈত্তে, অহুবু মীওইবৈ থম্মোই
অশেংবা থম্মোই মুংশিবদি থক ওনবা ভম্লোই।
সমাজগী থোঙজিন্দৈ তান্থোক্লবী শোক্র পন্ন তুকচরবীদো
ঐনা তরাম কৌশিন্দুনা, চৎমিন্নখিনি থাজবিয়ু।
য়েংজসমু সমাজনা, ইন্থোক্লমু ঐবুসু
মহুদন মাগা চৎমিন্নবৈ থৌনা 'হু লাক্কনি
সমাজ 'সিগা শিংনগনি, মাগীদমক্ত মতম চুপ্প।
নিলমনি—সোরা! মহু নত্তে ঐনা পেনগদবা পাউখুমদি।
সোরা—সমাজ অমা শেমগৎপদা অফ ফত্ত পূম্নমক
শরুক য়ানরিবা ভাক্তনি. মহু য়াওব্রবদি সমাজসে
মপুং ফাদে, অশেংবা শক্তম ওইদে।
কান্নব্রবা হৈকুনা খুম্বদগী মনুংগী অতাওবা উহৈদ্রু
চাবা ফংলিবনি ঐখোয়না মহুবু নব্রবদি
উহৈতবু পান্নগা মরূ মকুবু থওইব্রবদি
অরানবা রাখল ওইরক্কনি! ওইজসমু কনানো 'মা
'হুবু ঐগী মুংশিবদি খক হোংবা লৈররোই।

মহেশ—পাবুং মী লাক্লবা হৌরমাল্লে।

নিলমনি—[ঘড়ী য়েংবা] মঙা তারকদৌরে

চৎলো! চংগ্রো!! থৌরাং তৌরো!

চৎলো নঙস্তু, নফি-নয়োল হোংদোক্লুরো।

[সোরা চংখিবা]—

ইবুঙো মহেশ!

মহেশ—কর্নি তাকপিগদবা পাবুং?

নিলমনি—ঙসিদি নহাকস্তু য়াওগ্রো।

কৈদৌরুনি হুজিকপু য়ুমদা 'মুক চত্তুনা।

মহেশ—হোয়! লৈখিবা তারেদনা।

[চিংলেম্বা মুপা অনি চংলকই।]

অহানবা—গুদ ইভ্নিং।

নিলমনি—গুদ ইভনিং।

অনিশুবা—নমস্তে।

নিলমনি—নমস্তে, লেংশিনবিয়ু চিয়ারদ, চাওবা চৌকি।

চাওবা—[চৌকি কপ্তোক্তুনা] বাবু সোমদা লেংশিনবিয়ু।

অহানবা—য়ারনি খোইনা রাবিরুদ্রবস্তু

নিলমনি—মহেশ! সোরাহু 'মুক্তা কৌথোক্লুচো।

মী লাক্লবা হৌনরে, ওকনবা থৌরাং তৌনবা।

[মহেশ চংখিবা]

করিনা সেবা তৌনি, ময়াম লেংবিরকপদি।

অহানবা—রাহৈ অতুনা পেঙ্গরে

মঙ্গল ওইবা ওইসনু, অদোমগী অনৌবা থবক্তী।

অনিশুবা—'মুক অপনবা লৈতনা তুংগী অনৌবা আশাগী
অফবা মীগীদমক্ত অপনবা পিদবা ওইসমু।
নিলমনি—থাগৎপিবনা থৌনানি, মীওইবৈ আশাদ
থাজবগী অনৌবা আশানা মীওইবৈ অনৌবা থবক্ত
খুমাং চাওশিনবা ভম্বসি থাগৎপিবগী মপান্নি।
অহানবা—কনা কনা বার্ত্তোন তৌবিবগে?
নিলমনি—য়ামদে, পিরু হোৎনজবনি, মরুপ অনি অহুমদি
থবক চিনবনিনা য়ৌরক্লয়োই, হুজিক ৱাৎলিবা হায়ববু
পিক্লিংগদৈ ভিন্নরকপা দিনচন্দ্র মঙাইয়ে।
অনিশুবা—ও, দিনচন্দ্র! খংজৈ
মীতৈ কলচর চাওখৎনবগীদমক্ত, কথোক্লবা মী অমনি।
কলচরদা থরাই য়াওবা মাগুম্বা মী অতাংবনি।
নিলমনি—চাওবা, থোঙ্গান্দ মুক্ত লাকপ্রা য়েংলুচো।
চাওবা—লাকই।
মিলমনি—কনানো খংলব্রা?
চাওবা—খংই। শম্মি, লুখাক্লা হুন্দোকপ্রা য়েংবা লাকপনি
চানভাই লৈত্রবা মীনা কনানবু পিজগবনো?
হুজিক্কী মতম 'সিদা মনম নয়গা হন্দোকখ্রে।
শল হনুবীদু ইকাইরমাল্লে চৎখ্রেদো চোঃ চোঃ চোঃ।
নিলমনি—নত্তে, শল হনুবী।
চাওবা—ও! লাক্লে লাক্লে। খংঙে খংঙে কৈশালনি।
নত্তমাল্লেদঃ, গধানা উপ্পনি কৈশাল মউল।
কৈশাল মালহল্লিবা তোঃ উরগদি খংলেদনা।

মসি ঙাক্লসি মীওইবা থৌশিল্লরিবসি তাইবংদ
লেহবা 'মত্তা য়াওব্রে, শাশিন্নবা ভাক্ত শুইরম্লে।

নিলমনি—[খোল কম্লগা] চাওবা

চাওবা—[থংদুনা মখুং লোন্নবা] হাজুর।

নিলমনি—থা শানথংলকপদা 'মুক থাশিয়মদাইদ মুক
থা অমদা অসিল্লক্কি চোয়রোল লোল্লিবা।
[ময়াম নোকমিন্নে]

চাওবা—নত্রবদি কন্নানো?

নিলমনি—নঙোন্দ য়েংজুচো হায়রিবসে মীনিনে।

চাওবা—য়াম্না ফনি। য়েংজরুখিসে।

অহানবা—ব্রা ঙাংরবু তাবদা ওন্থোক্লা মুঙাইগ্রেদ।

নিলমনি—মথোং হুকপা নত্তেনে।
ঙারোগা মৈত্তালগা মান্নে খেন্নবা হায়ববু মহাওতনি।

অনিশুবা—চুম্মী মরুপ!

নিলমনি—হায়রিঙৈদবু লাক্লেনে, লেংশিনবিরকসি
ময়াম্না মরুপশুন্না খোয়াংনা ঙাইনরিবনি।
[দিনচন্দ্র অমসুং থাবল্লে চংলকপা]
ও! অঙাংসু, য়াওরকলি। চংঙকউ ইবেমা।

দিনচন্দ্র—হোয়, মতম 'ম্লিনা ফংনব্রবনিনা।
উচি মচাসি কাক্লা চেনগদবৈ হেক্ত হোংনবসিদা
কাকুম্বা নহাম্নোন্ন থিদুনা পুজরক্লিবনি।

নিলমনি—য়াম্না মুঙাইরে, লেংশিনবিযু! [চৌকি থাম্বা]
কদাম্নদ 'মুক থোকগ্রে চাওবদুবো! চাওবা!!

চাওবা—[ চেনশিন্নকপা ]] লাকচরে হাজুন্ন।

নিলমনি—নঙনা কদায়দা লেংলুন্নিখমো ?

চাওবা—মনিংলোমদা লমুক্তে ফাওগৎলোঙত্রা হায়দুনা ?

নিলমনি—অত্তুদবু মীনা ফাওগৎলকত্রা ? হৌন খংদবসিগা।

চাওবা—কনানা খংনি; ফাওগৎলকপশু ময়াই

মবুক খংনত্রবনি হুজিকী মতমগী মীশিংসে

মবুক মাংবা ঙাক্তনিনা অচুম্বা লম্বেল চংনত্রবনি।

নিলমনি—চাওবা নঙবু নেতারো ?

চাওবা—নংচদে।

নিলমনি—নত্রবদি কান্নদে ৱায়াম ঙাইদুনা

ময়ামগী চান-থক্কবা 'মুক্ত থোৱাং তৌরো।

ভাব তারত্রা ? হায়ন্ন ? হায়য়ুনে 'মুক্ত।

চাওবা—তাজরে সাহেব

হৌদোং চিক্লবদি তাম্বোকই খংনগল্লি হায়দুনা ইমুংদ

হামেং ৱাইনববুদি য়েংলিয়ে সুঙাইগকা হায়দুনা

খেন্নবদি কৈশু লৈতে, মীওইবৈ ৱাখলদুনি।

ময়ামগী চান-থক্কবা থোৱাংজকরগে।

চংখিবা—

নিলমনি—ময়ামগী মমল য়াম্লবা মতম ঙৈহাক কায়থোকপিদুন

ঐগী থৌদোকসিদা লেংখিরকপগীদমক থাগৎচরি।

—ময়াম খুবাক খুবা—

ময়ামগী মফমদা ঐনা করিনা তৌবিমল খংবা

উৎচগনি খংজদে, শুপ্নগী আশা অমথক্তনি।

[সোরা অমমুং মহেশ থোরকপা—
সোরা উবদা থাবল্লৈ ইকাইনা য়েংই, সোরা থওই
রাওইদনা লেপ্লি, মহেশনা খুজিন শিকপা; সোরা
নোকমি-নোকমি তৌই। ]

দিনচন্দ্র—ঙসি মরুপকী অনৌবা ফম কাবা মুমিৎকী
হয়াওবা হুমিৎ 'সিদা ঐগী রাফম 'মথক।

অহানবা—তাকপিয়ু কৈদৌবগে ?

মহেশ—রাফম অদু হাম্লনা কাংথোকপিদ্রিঙৈ মমাংদ
[ থাবল্লৈদ য়েংলগা ] মীত কলচরগী মঙাল
তোপতোপ্পা রাংন ফংলবী, কুমারী থাবল্লৈগী মফমদৈ
খুমুং ঈশৈ 'মত্তং রাহৌদোক ওইনা তাজনিংই !

ময়াম্মা—য়ারে ! য়ারে তারসি।

থাবল্লৈ--[ ওইননা ] হৈস্তু হৈতনা।

দিনচন্দ্র—নত্তে ! নত্তে !! ময়াম্মা নঙগী ঈশৈবু
তানিংই হায়রিবসি নঙগী লাইবক ফবা নত্রা ?
শক্লুরো চৎলো তারসি কৈদৌরগে ?

মহেশ—লেংশিনবিয়ু কৈদৌবগে হৌবিররো।

অহানবা—চিংনমু ! ইকাইরুনু করিমত্তা
ইশাগী ইনাৎপু য়োকখৎপনি খল্লু কলচর তৌবসি
লাইরিক-লাইশু হৈরবা নখোয়গুম্বা ময়াম 'সিনা
মপুং ফাদ্রবা সমাজসে মীমাম্নহনগদৌরিবনি।

অনিশুবা—ইশাগী ইপোৎপু ফত্তে, মীপোৎ শিজিন্নগনি
হায়বা রাখলসি তুং কুইনা চৎনরোই।

ফত্তবা ইপোত্তা শেমগত্কনা ওইবনলময়বি থকবা
ক্ষাই শাবা অহৈবনা অপেৎনা মৈনাক্তে শেমদুনা
ঈশ্বর কাওবা শারদুনা মীওইববু লানহল্লি।

অপেৎপা লৈখোমদা লৈতবক্তি নখোয়না হায়র্বি মগুন্দো
লাই শাবা মীদুনা লৈখোমগী মগুন লোপহল্লি।
কলচরবু য়োকখৎপা নখোয়দ লৈরে কলচরগী মগুন্দি।

নিলমনি—ইকাইকুম্নু! মৈরিবু কুপশিনুমা থম্লগা
লাকনি কুদাইদৈ মঙাল, মৈরিদি কুপশিনগদবা নত্তে।
মৈরিগী অশেংবা মগুন্দি অমম্বদা পুশিল্লগা খংগদবনি।

সোরা—ঈশৈগী ফজবা তাবদা শুমহৎখি মহোশাদৈস্নু ঐ
মতোং য়াওহন্নবা থরোইগুম, ইহাং হাংই করিগুম্বদা
হাংল' য়াংল' থম্মোইসে মুংশিৎনা হুম্বা মাইকৈদ
মনিং তৌনা চৎখিবা করিগুম্বা কান্দস্নু মথেংনৈ
মদুনি ঈশৈগী মগুন থম্মোই হুবা ওম্বা।
মদুদে খল্লকই, অরুবা রাখল কয়া তত্তনা
অশাওবস্নু মাংখি। ফজবা স্বর্গগী লৈকোল 'মা
য়াম্না থুনা ঈশৈনা থম্মী শেমগৎলগা মীওইববু।
মুঙাইবা পামজবা কাংবুগী মুঙাইবা কাংলুপ অমা।

মহেশ—ঈশৈ 'দু হৌনবা থৌরাং তৌবিবা য়াদ্রিব্রা?
অস্তুক থাগৎ রাহয় ফংলবদা ঈবেম্মনা
কন্নিগী 'মুক লৈরুখিগদগে ঈশৈ 'সি হৌদনা।

থাবলৈ—লাইবক য়েংজবা হায়বদুনি
[কক্ষমদাগী হৌপৎলগা ঈশৈ শরুপা]

[ লাইরৌরেম্বীনা খোয়েন মগুফাওনরক্লবদা হেঞ্জুনহান্না লাইরৌরেম্বীগী চাইগোইমুংদ শিদুনা লৈরম্বা, উরুবদা, শেৎন মৈশা লাংলবী মশানৌনা মুংশি পাউমেন্নজরকপা মতাংনি। ]

( খুন্নুং ঈশৈ— )

তৌরিবা মতৌ অসিবু
করি মতৌ কৌবগে মুংশিবা ?
ননাও লাইবক থীবীনা
হন্না হন্না কৌজবসে
পাখং নংদি তাব্রবোই ॥
লাইবক থীবী মপোক্নি
হন্দক্কী মপোক 'সিদা
মুংশি শেৎনৌ তমথ্রমাল্লে ॥
পাখং চাম শিরগা
মুরা চাম ঙাইন চীং
মুংশি মুংওল কাওনবা
পুক্লিং ওনবা মকোইচীং
শানৌ ঐবু ঙাইরমখোকো মুংশিবা।
পাখং হৈনা তুংইঞ্জরক্লগে ॥

ময়াম—[ খুবাক খুবা ]

অহানবা—ঐখোয়না অস্থক ফজবা ঈশৈ'সি হুন্দোক্লুনা মীরমগী ঈশৈদ হায়দুনা লৈরিবসি য়াম্না চুমদে।

অনিশুবা—মতম কুইনা চীংমুংদ লৈথ্রবা সনাগী খনিবু থিদুনা

শুংদোক্লগা কান্নহন্নবা পিবা 'সিগীদমক থাগৎচরি।

চাওবা—[ চা পুত্থনা থোন্নক্লগা ময়ামদ য়েন্ন-য়েন্না ]

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী খোঞ্জেল তাবদা

শঙ্গোন্দা পূনবা যম্না থৌরি থদৎকে মতাগুম

ঈশৈগী শুর তাবদা ঐস্থ ঙাওদুনা চেল্লরে।

চানবস্থ লৈহৌরি, পুখোকচরকখিগে। —[চংখিবা]

নিলমনি—ঙসিগী ঐগী অস্থক মুঙাইরবা থৌদোক 'সিদা

দিনগী 'মত্তা ঙাইজরবী তাংন শাৎপী মমোম

থাবল্লেগা, ঐগী 'মত্তা ঙাইজরবা ইচানুপা

সোরাগা হায়ন শিংনবগী রাফমসি,

তাংদাংবা অমা খংজনিংই।

দিনচন্দ্র—মতম কুইরবগী রাকম্নী, তশেংন ঐস্থ য়াজরে।

হায়বা ইনবী মচানি, করিগী হায়বা ইল্লোইদগে?

ময়াম—[ হরাওনা খুবাক খুবা ]

অহানবা—য়াম্না মুঙাইরে।

সনাদ মুক্তা থিনবগুম ঙমখৈ লৈতনা মুঙাইরে।

অনিশুবা—সনাগী শেম্পাক্ত হৈদোকপা হিরা মনি মুক্তাদ

মুমিৎকী মশেক্না য়ৈবগুম থোয়না হেন্না লংখৎলনি।

[ থাবল্লে অমস্থং সোরা ইকাইনা য়েংনবা ]

চাওবা—[ থোরকপা ]

[ অথুম অহাও খর পুথোরক্লুনা য়েনবা ]

নিলমনি—কদায়, নঙগীদি লৈজরব্রা?

চাওবা—মমুংদ লৈজরে, বুজারিগীবু রাৎপা হৌনব্রাও।

অহানবা—ওন্থোক্ল হাওনা হোৎনম্রে, চা 'সিন্না হাওরিবা ?

[ ময়ামগী চাব-থক্লা লোইনবা ]।

নিলমনি—মতম 'সিন্থ থেংজিনক্লমান্রে।

অনিশুবা—লোইরবদি হনথিবা, মশাস তাব বাকনমনি।

নিলমনি—ফল্রে 'ত্নদি, ঐন্থ অমাইকাও থিজোকচগে।

অদুগা, নখোয়ন্থ লৈরমখো। চখোয়ম্মবিন্থ।

[ ময়াম মরি-মন্নি থোকখি, থাবল্লে তুংহন্না

সোরাবু য়েংলম্মী, মহেশনা থাবল্লেবু হুংশিনা

য়েংহৌই, মহেশস্, ময়ামগী মতুং ইন্দুনা চৎকে তৌবা ]

সোরা—মরুপ ! [ মহেশ লেপ্পী ]

ওসিদি মরুপকী নপাল্লা পূক্লিংগী হায়ওমদবা

অশোনবা কয়া অদু ইনিং তৌনা কোংদোকচহৌরে।

মহেশ—মরুপ ! পাবুংগী নিংজবা আশাদু থুংহল্লু।

থাবল্লে, নিংথিজে, ফজে, তাইবং মীওই কল্লকনওাইনি

শক্ত-চুদ, কুচুদ-কুমেন্দ, করিস্ অতাবা লৈতে।

সোরা—মরুপ ! ঐন্ পুন্নমক খংই।

'ত্নম ওইনমক ঐগীদি ? ঐগী শ্রীন্থ !

মহেশ—মদু ঐদি কান্নদবা ক্লাখলনি হায়না নিংই।

সোরা—ফজবা লৈরাং থম্বালগী খোইমুম্থ অরাৎপা লৈতবনি

নারকী লৈরাং কেতুকী লৈনম ফল চাওজন্থনস্

খংবিনবা কনা লৈতবন্না মরুপ মপিজ্জা লৈজদে।

মদুনি খেন্নবা হায়রবু, পুন্সিগী খোওচৎ 'সিদা

মশাক ফজবী থাবল্লেগী অরাৎপা কনাস্ লৈরোই।

ঐ নত্রস্নু মহাক্কী অক্ষবা কয়া লাক্কনি।
অতুগা শ্রীমুগীদি ঐ নত্রবদি কনাম্নু লৈতে।
মহেশ—উত্রগা কাওরকই, নিংশিংলুত্রগা থল্লুদে।
মাগুম্বী অমদা নওনা মুংশিবগী থাজবা থম্মুগনু।
সোরা—[ শাওনিংন ] মরুপ !
মহেশ—হৃজিক্কী থাজদবা য়াই, অতুবু মতম 'মদা।
নওগী পাবুংগী রাখল, 'মদি নওগী মুংশিবা
মীওইবৈ সমাজ, সমাজনা ইম্বোক্রবী মুপীমচা
ওল্লু ! নওগী রাখলগী খন্দ থাঙ্গত্তুনা ওল্লু।
সোরা—মতিক চাবী খাবৈম্লেগী মতিক চারবা মরুপ !
ঐ নত্রবম্ন মরুপকুম্বা মী কয়া লৈরিদনা।
মহেশ—থোকত্রিবা থৌদোক রাথোক, পুম্নমক্কী মরাল
ঐভোন্দ থংজিনগনু মরুপ ! লাংদ হাপ্পা শতুম
পাম্বা জীব কয়ানা, লাংদ থুবা শৌয়ত্রবনি
নওদি হায়নবা যাররোই শুকয়া য়াররোই।
সোরা—অপাম মীহৌ কয়ানা—
ঐগী মুংশি রাখন্দ মশক থিহনগদবৈ লাকনরি।
ঐগী শেংলবা থম্মোই থক মকহনবা ডম্লোই ॥
শতুম পাম্বগা মুংশিবগা চাংদম্নবা য়ানিংদে।
হা হা-হা, ঐবু মানা করি থল্লমগনি ?
লুকথখিবা—
মহেশ—থহ্লোরো মরুপ !
চাংদম্নহৌরো নওগী মুংশিবগা সমাজগী মীনোক্কা !
শাওনা থোকখিবা—

সোয়া—[মতোমৃত] করি তৌবিয়নি সমাজনা ? নোঙবা নত্তনা।
নোঙ্গরগা কৈদৌবা, থাগৎলগা কমদৌবা ?
মীওইবা, করিম্ব অকাইবা লৈতেনে
সমাজ মীনোক কিহুনা ঐগী মুংশিববু মাংহল্লগদ্রা ?
লৈচিলগা মুংশাগা শিংনরগা নোং ওন্দুনা তারকুই।
মহুনা কালেনগী খাংঙমদবা মৈচাক কয়া কোক্নরি॥

সন্যাসী—[ চীংলেম্না চংলকপা ] সোয়া

সোয়া—সন্যাসী লৈংশিনবিয়ু। [ ফিদা থাবা ]

সন্যাসী—ঐহাক 'মুক পম্বহুনা ফমনিংদ্রে

সোয়া—তাকপিয়ু !

সন্যাসী—নহাক কাওথ্রমাল্লে হায়হুনা নিংশিংগে লাক্লিবনি।
অরা-মুঙাহ সংসারগী কল্লক মীহৌ য়াওদ্রবা ;
ঐগী থম্মোইদ ওসিদি নিংঙমদবা 'মগা লোইননা
নওগী নাক্ত লাক্লিবনি থংঙ, মহু সোয়া।
মীওইবা হায়বা এখোয়সি মুংশিনবনা পুনগদবনি।

সোয়া—সন্যাসী !

সন্যাসী—এম্ম মুংশিনবা থংই, নহা ওইরিবৈ মতমদা
নিংঙমদবা 'মা য়াওবদৈ. লাইনিং লম্বী লোহুনা
সংসার 'সিদৈ থাদোকখি। মহুগী নিংঙমদবু নঙোন্দ
করিগুম্বা লাকপা য়াই খন্দুনা ইথৌ ওইনা লাক্লিবনি।
মচাগী মুঙাইতবা উম্নগা মমাগী অনাবহু হেঞ্জিল্লক্লি।

সোয়া—সন্যাসী ! ঐ মহু পুম্নমক থংই।

সন্যাসী - তপথথো, ফিংগৎখিম্ব ! নওগী বাথলদা
শ্রীহুনা মমিত্তগী ঈরা মতম চুপ্পা কংদ্রি।]

শক্লি ঈশে কয়াস্থ অৱাবা শুৱদা পান্দুনা
নঙগী ৱাখন্দ নঙগী থম্মোই শোকপা ঈশৈ।
নহা! মুংশিবগী নামাদ নমথাক তোবা তমগনু।
চীন্‌বাম্মোংগী ৱাহয়দা মীনম্বা কয়া য়াওৱবস্থ
অশেংবা থম্মোইগী মকমদদি মীনম্বা য়ায়োই কৈদৌমুংদ।

সোৱা—পুম্নমক খংজৱে সন্যাসী, ঐবু লান্না লৌবিগনু।

সন্যাসী—মুংশিবগী থাজবতু থক মাংহনগনু নহা
লুহোংবা মুমিত্তগী ঙসি ফাওবা তুমিন্না লৈথোকপ্রিবসিবু
করম্না মৱাল লৈতে হায়সিগে? মৱাল লৈৱবনি।

সোৱা—সন্যাসী, ৱাহয়শিংহুনা ঐগী থম্মোইসে 'মুক কায়হল্লগনু।

সন্যাসী—করিগুম্বা শ্রীহুনা,
নিংঙমদবা পোক্কুনা মতোম্‌ত শিক্লপ্রবা
মুংশিবা থাজবা মাংহনবৈ পাপ পুম্নমক মহাক্লা
নশানা ম্বামা পুগদবনি, পাপ! থাজবা মাংহনবৈ।

সোৱা—করি হায়বা? পাপ!
মতু, করিগী শিক্লনি, মলুং মঁতম চাদনা
ঐ মাগী মকমদা কৈদৌঙুদস্তু থাজবা মাংহল্লোই
করিগী মহাক শিক্লনি, ঐ লৈরিভেদ— (চেনখিবা)

সন্যাসী—কয়াদ মীমুংশি চাওপ্রবা? [মতুং ইন্নখিবা]

[ লাইট ওফ ]

# মরিশুবা তাংকক্

ইবেমহলগী য়ুম। নুমিদাং।

[ইবেমহল ফক অমদা য়াম্না কম্না নাহুনা, ফিভম শোক্ল লৈরি, খুয়া ওইরপ্প শ্রীনু রাখল তৌদুনা লৈরি, গুরুনা অনাবা হংদুনা ফম্লি।]

গুরু—অভাংগীসু অভাংনা থোকপা
মতম খর ইচেমগী অনাবা খর ফত্রিমখৈ
রাখল খনবা ছায়রদো থাদোকপিরো কৈদোবগে।

ইবেমহল—মাগী মতৌ 'সিদা কররম্না রাখল খল্লোইদৌরিবনো?
চিন্তা পোগুম পুদুনা রাখল তৌদুনা কাচিন্দ
লৈরিবী মচা ওইবীগী মতৌ 'সি উরগা
কররম্বা মমাগী থম্মোইনা তুমিন্না লৈথোকপা গুমগদগে?
হিংলিমখৈ মমা ওইবীনা মচা নিঙোলবু খঞ্জবনি।
মচানা নোক্লগা নোকপা, কপ্লগা কপ্পা মমা ওইবীনি॥

গুরু—তোক্লো ফরে ইচেমা, কাম্নদবা ঙাক্তনি খল্লুরম্ন
খল্লগা লাইমন ওইদুনা অনাবা হেন্নরবনি।
'দুগী মহুত্তা হুজিক করি করম ভৌরগা
অনাবহু ফগদগে, মহুদুম হান্না খন্নসি।

ইবেমহল—অকনবা অনাবদি নত্তেদ, চৎনা নাবা হায়দুনি।
রাখল খজিক মুঙাইতবদা লাইমন হেক্ক কাংঙকই
রাখল মুঙাইরিমখৈ কৈ, নত্রবদি ইচেমগী অনারসি—
গুরু—করি তৌএগে ইবেম্মা, পংরা রাকন্নু কান্নদে
ঈশ্বর লৈরি কৈদৌনি ভগবান্না শিনবা ঙাক্তনি।
ইমাবু থরাই মুঙাইনা লৈহন্নবা হোৎনোনে॥
ফরে ইচেম্মা, করি থোয়না অনাবা
অকন-অয়েক য়াওদ্রদি, ঐস্তু 'মুক য়োঙ্গগে॥
ইবেমহল—থোঙ্গাল থোকপা উরোইনে
লারটেল অদু পায়দুনা 'মুক্ত লেপ্লিরুচোদনা।
গুরু—লৈহৌরোদ ইবেম্মা, য়ারনিদ; খংঙনি।
থোকখিবা—
ইবেমহল - শ্রীনু। ইমাবু নুংশিদ্রবরনে, লাওনে ইমাগী নাকসিদ।
শ্রীনু—[ মমা কোন্দুনা কপ্পা ] ইমা! ঐগী পুন্সি—
ইবেমহল—ইচাসিদি চিংনকন্নু! ইমা লৈরি রাকন্নু।
ইমা শিখিরোই, ইচাই কুম্মৈ য়েংখিনি।
শ্রীনু—ইমা।
সংসারদ ইতোম্ত শাইরদি করম্না লৈহৌগনি?
ইবেমহল—নত্তে। নত্তে!! রাখল অদু ওন্নরে। চিংনগন্নু!
রাকন্নু! করিমণ্ডা রাকন্নু! নোংম নত্র' নোংমদি
মফমসিদৈ থাদোক্তুনা মীওইবা খুদিংমক চৎখিনি
চৎখিগদবা ঙাক্তনি, মতুইদমক করিগী কপলি?
থাজবা হায়বা 'সিনা সংসার অসি লান্নরিবনি
লাকখিনি, শোয়দনা লাকখিনি থাজবা মাংহনগন্নু।

শ্রীনু—থাজবা কয়ারক মাংহন্দনা ঐনা কয়ারক ঙাইহুনস্থ
মাবু 'মুক্ত লাকখিগত্রা ঐগী ঙাইজবা ইনাকসিদ।
ইবেমহল—নিংঙমত্রবা মতমদা মীওইবনা হৌগ্রবা মুঙাইবা পুন্সিবু
'মুক্তং হন্না য়েংবসি মীওইবগী হৌনশানি।
ইমানা নঙগী পুন্সিগী মমাংঙৈগী হৌখিবা
মুঙাইবা কয়া নিংশিংলুরগা অৱা কয়া কাউথোকই।
শ্রীনু—ইমা! অৱাবা লৈচিনগী মপৈন নোং ওন্দুনা তাগ্রগা
তশেংহৌই 'তিয়া, 'তুবু ঐগী থম্মোইদি ইমা
কপ্ল-কপ্লগা অসুম্মক অৱাবৈ মপৈনা কুপশিনখি;
ঐগী আশাগী ৱাংলবা চীংদোনসে মশক উদনা।
মসি 'মুক হাইদোক্লক্লরোই, 'সুম্মক কুপশিনগ্রগনি॥
ইবেমহল—চৎলো! শক্লুরো চৎলো
ৱাকুগনু, কপ্লগনু, খল্লুরনু, কনাগীসু, করিগীসু;
সুক কুইবা নহাক্লা মহৈ তম্নকপগী ঙসিদি
অৱা-পোথানবা ঈশৈদো ইমানা 'মুক্ত তাগে
ঈশৈ জগোই হৈবা কালাগী মগুন্দ ৱাৎত্রবী
নঙনা করিগী ৱানা কপ্পা লেল্লুনি নপুন্সি?
শ্রীনু—ইমা! অৱাবা কাওবা ঙম্ত্রা য়েংসি—
ঈশৈ—
মপোক লাংওন কয়াদ মুংশিবা নঙসে থম্মোইদ
কাওবা ঙমদনা লৈহৌরনি। বিদায়, কায়নবা, নিংঙমদবা
ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎনি। শাগৎচরিবা ঐগী আশাই
মুংশি শক্তমদ কৎচরি হিক্ল-হিক্ল কপ্তুনা

লৈনম চল্লবী লৈরাংসে ॥ ফংলরোই ! ফংলরোই
অমুক হল্না ফংলরোই ঐগী মুংশি শক্তমদো ॥
ঐগী নাক্ত লাক্লরোই অমুক হল্না ফংলরোই

সোরা—[চংলকপা] শ্রীমু ! করিগী কপ্লিবনো ?

শ্রীমু—[সোরাগী নাক্ত চংশিল্লক্তুনা]
ঐবু কাউথোকপিগ্রমাল্লে খন্দুনা কপ্তুনা লেল্লিবনি পুন্সিসে।

সোরা—শ্রীমু ! [তপ্না কোনশিনবিবা] কপকনু !
ঐবু ৱারোমু ! চিংনগমু ! শেরাম্লনা খনগমু।
নঙতবু চৎমিন্নগে হায়বদৈ, সংসার সমাজ থাদোক্লিবনি।

ইবেমহল—ইবুংঙো সোরা !

সোরা—ইমা [চংশিল্লক্তুনা খুকপ্পা]
সমাজগী মীনোক কয়ানা লৈচিন্না মুমিৎপু থৎপগুম
ঐই ৱাখলগী অনিংবদা কয়া কুইনা থৎকনি।
নোক্লরবা লৈকংলাগী পুন্সিদ ঐখোয় মুংশি ঈচেন্না
পিগনি খোগংনরবা মীওইবদা 'মীওইবগী মুংশিবা'।

ইবেমহল—[ মচাগী মখুদাং পায়দুনা ]
ঙসিদগী ইমানা শ্রীমুসে নঙোন্দ শিন্নরবনি।
করিগুম্বা ঐনা লৈত্রবদি মাগী কনাসু লৈত্রবনি।
পুন্সিগী মরুপ ওইনবা, নহাক নত্তনা তাইবংদ।

শ্রীমু—ইমা ! [মমিত্তা ইরা চেল্লদুনা কোনশিনবা]
মরাইথুং পল্লবী, সমাজনা তুক্কচনরবী
মীমাম্নদনা খনবিরবী, মাগী শাংলবা পুন্সিগী
অৱা-মুঙাই খোঙচত্তা খুজেং পালোয়নবিখো।

হায়মু সোরা ? শ্রীমুবু তুকচনা খনত্রা ?
করিগুম্বা কানদ মামু মতোম্মত হুনদোক্লমগত্রা ?
সোরা—খনদে ! মহু পুম্নমক 'মত্তা খনদে
মাবু ঐনা তুকচরদবু মকম 'সিদা হল্লকখিগত্রা ?
মাদি ঐগী পুনসিগী অৱা-মুঙাই মরুপনী।
শ্রীমু—মহু মতম চুপ্পা হোংবিদবা ওইসমু।
সোরা—শ্রীমু ! [ তপ্পা কোনশিনবা ]
ইবেমহল—মপাং কনা নৈজত্রবী সমাজ লক্ত তিলহন্দ্রবী
মাগুম্বী অমৈ পুনসিবু; অৱা-মুঙাই কয়াদ
খাংমিন্নদুনা ঈপাকসি, লানমিন্নগনি থৌরাংলিবা,
পুকচেল চাওবা নহাক্কী থৌনা 'সি উরগা;
তোম্বা মীগী মরুপ ওইবা ঙম্বা নহাক্কী
পুন্সগী ঈচেল 'সিনি মীওইবগী ধর্ম্ম হায়ববু।
শ্রীমু—নাকেন্থাগী মতোগুম মতম চুপ্প ঐহাক্কী
মনা য়াওত্রবা উপালগী উকম লাংদ্রবা উখাদ
পোত্থাগনি লাক্লিবা উরুম থিবা নিপানা
মুংশা শাররুবা মতমদা শোয়দনা নিংঙমদবা লাক্কনি।
সোরা—খংই ! মুংশা লাংলকখিনি হায়বা,
'হুবু ঐদি মুংশা কিগদবা মীদি নত্তে
শক্তি খুরাংয়াই য়ৈশিল্লম্বদৈ কংখিবা পামেল 'হুবু
শক্তি খুরাংয়াই থিরিবা ঐনা করম হনখিগদগে।
নকশিল্লরুগা খংবনি; করম্বা মথলগী পামেলনো ?
মমল য়াম্লবা চা চন্দোন উপালনা লেপকং কংলবসু

উরুম লাংবদৈ হেনবা মমল য়াম্লবা চন্দন পাম্বী
ফংবগা অমহানি ঐদি ইপুন্সিদা নিংহন্নররোই।

ইবেমহল--[য়াম্না রানা, নাহেবা] শ্রীমু ! ইমা কৈনোম তৌরক্লে।
য়াম্না রারে, লাইমন মতুম 'সিনা থজিন্দ রাইরক্লে—
করিগুম্বা পুন্সিগী ঈচেলনা কংখিবা থোক্লবদি নঙবু—

শ্রীমু—নত্তে ! নত্তে !! করম্না ইতোম্ত সংসাররসিদ
ইমা ! ইমা !! ইমা নত্তনা ঐগী কনাম্থ লৈতে।
[ কোনশিন্দুনা কপ্পা ]

ইবেমহল—[ মুংসাম্বর ফুইনা হোনবা ]
লাও ইবুঙো ! চংলকউ নাকসিদা
অরা ঈপাক্ত ঈরাক্লরবী মপাং কনা লৈজদ্রবী
'মত্তা ঙাইজরবী ইচাসিদ, ঈরাংমা য়োনা লাম্থোকপিয়ু।
ঙসিদগী নঙোন্দ শিন্নরবনি ! শ্রীমু ! সোরা ঐ ! ঐই
ইমাগী ইবেম্মা শ্রীমু……… [ শিবা ]

শ্রীমু—ইমা ! ঐবু কনাদ শিন্নরম্বগে সংসাররসিদ।
[মমাবু কোন্দুনা কপ্পা]
ইতোম্ত লেপহৌরে, খোঙদাফম লৈত্রবা সংসাররসিদ
ইমা ! নঙ ঐবু হুন্দোক্ত্না চৎখ্রবোই।
ইমা ! ইমা! হো পলেম অপোকপী……।

সোরা—[ মমিত্তা ঈরা চেল্লদুনা ] শ্রীমু ! [ কোনশিনবিবা ]

[ লাইট ওফ ]

# মণ্ডাশুবা তাংকক্

**জিনচন্দ্রগী য়ুম।** **নুমিদাং।**

থাবৈল্লে—[ঈশৈ মত্তেক অমা শংলি।]

মহেশ—ননিং থুংজরৈনিনা হুজিক্তী

থাবৈল্লে—করিবো ?

মহেশ—নঙবু হায়বা, নিংবা থুংজরেদনা।
নঙগী অনাবা য়েংনবা ডাক্তর 'ম, থম্বনিনা।
নঙগী মুংশি য়োৎহিল্লিংনা পুল্লবনি হায়দুনা ঐনস্থ
মীকুপ 'মত্তা মনাক্তৈ হেন্দোক্লুনা চৎপা ওমদ্রে।

থাবৈল্লে—হোয়নে ! হোয়নে। হায়জিল্লিমখৈ পক্লনিয়ে।
য়ানবৈ মতুং ইনবনি মুংশিবৈ মখা পোমবনি।

মহেশ—অদুনা ঐস্থ নঙগীদ য়াওং ইন্দুনা লৈরিবসিনি
ইচিল ইনাও থাম্বনিদ। ঐমা চৎখিবদা রাহৌদে।
'দুই নত্তেদ ইবেম্মা, ঐনা হায়ম্মা রাকমদি !

থাবৈল্লে—'দুদি করি রানো ?

মহেশ—ঐগী লাইবক ফবনি হাযজগে শাবজবনিদা।

থাবৈল্লে—নত্তে ভাইখো, রাফম 'মত্তবু শংখিগে ?

মহেশ—করি রাফম্নো ?

থাবৈল্লে—সোরাগী ? কমদৌখ্রে মহাকপ ?
নোংমা মানা ঐডোন্দা 'সুম্মা হায়রম্মী

মহেশ—করি হায়না ?

থাবল্লৈ—পুকচেল চাওবা শাদুনা; ঐদি অতোপ্পগী ওইগ্রবনি।

ঐগী থম্মোইসে কনাগুম্বী অমগী ওইগ্রবনি।

'দুননে করম্না নঙগী রাখলদা, ঐনা খুমাং চাওশিল্লি ?

ঐঙোন্দগী হেল্লা মতিক চাবা, কয়া লৈনি নঙগীদমক্ত।

চৎলে, নঙগীস্থ নঙগী ফনবা য়েংখ্রো।

মচুদ ঐ কৈদৌঙৈদগু অপনবা পিদুনা য়েৎলল্লোই।

মহেশ—'দুনা মরম ওইদুনা নঙগা-ঐগা থুংনরিবনি। নত্রনে ?

থাবল্লৈ নঙগী মকুপকী রাখলদু অঙাওবনি।

অঙাওবা নত্রনে, শোক পম্ন তুক্কচরবী

নুপী অমগা প্নন্সি লেন্নুরনি হায়দুনা চৎখ্রিবদুবো।

মহেশ—মুংশিবা হাযবসি মচুনিদনা, শিবা-নাবা কিখিগদ্রা ?

অশেংবা মুংশিবৈ মফমদা খেন্নবা লৈবা হৌনব্রা ?

মু শিবা মপা কায়নরি, মুঙাইবা সংসার যাওদ্রি।

মাতগা হিংমিল্লরুগনি, শিমিল্লরুগনি চৎখ্রিবদুনি।

থাবল্লৈ—হুজিক মতমদবু মুংশিবা। হা। ঐদি ঙমজরোই

ফন মুংশি হায়দুনস্থ; লাইথুং পকপীদুগীদমক।

মহেশ—হোয়, চুম্মী য়াই। হুজিক্কী থাজনদ্রে

মুংশিনবা হায়বদো পুন্নমক ললোনবদা তারবনি।

ঐনা ডাক্তব ওইরমদ্রবা নঙনা ঐবু পাম্বীরমগদ্রা ?

নঙস্থ লাইরিক হৈরমদ্রা, শক ফজরমদ্রবা

ঐনস্থ খর মরাৎকনি, মুংশিনবসে ললোনবনিদ।

থাবল্লৈ—অদু তাইয়ে।

মহেশ—ইকাও কাওই, সোরানা ঐঙোন্দ চিঠি অমা থারকই।

[ ফুরিৎখাওদৈ চিঠি লৌথোক্লুনা পাবা ]

থাবল্লৈ—ঐখোয়সু তাগে, লাওনা পাবিরকউ।

মহেশ [ চিঠি পাবা, মন্নুংদগী সোৱাগী খোঞ্জেন্দ ]

লুহোংবগী পাউ তাবদা ঐসু নুঙাইবা য়াওখি।
মরুপ অমস্তুং ঈশ্বরগী য়াইফবা পিসনু ঈশ্বরনা
করিগুম্বা ঐ লৈদুনা লুহোংবা য়াওবা থোক্লবা
মরুপ তিন্নবগী নুঙাইবা নুংশিবা হায়বদু ফংগদবা ?
'দুবু মরুপ ! লাইবক থিবনি, ঙমজহোদ্রে ! য়ারোমু !
য়াম্না নুঙাইবা 'মনা, ঐসু মাদোনা তৌরে।
মীচং লৈতবা মাগী মীচং ওইরে ঙসিদি
নুঙাই য়াইফবা সমাজগী থোংজিন খুদিং চংলুদুনসু
লায়না 'সি পকপনা, লাইথুং 'সি লোয়নবনা
কনাগী থোংজিন্দ লেপ্লুনি, কনানসু নুংশিবিরোই।
হুজিক খল্লিবা হায়ববু হিংবা য়াখৈ হিংঙম্বা
য়াদবা নুমিত্তা চৎখিবা সংসার 'সি থাদোক্লুনা
মতুনা ঐগী নুঙাইবৈ ঙমখৈ ওইরগে খঞ্জরে।
লৈরাং 'মা, মীনোক মীশা তওনা ফংলবী
সমাজনসু তিলহন্দ্রবী, লৈরাং লক্কে ইম্থোক্লবী
কেন্নবগীদমক্ত শাৎচবী ; শিঙেল লৈরাং ওইখিবনা
ও ! মাগী পুন্সি, ঐগী। ঐ অমসুং মাগী পুন্সি
ঐনা ঈশ্বরদা হায়জরি, মা মতোম্ত লৈহৌদনবা।
শ্রীমুনা চৎগ্রবদি, ঐসু মতুং ইনখিনি।

মাগী মফমসিদ, মপাল নাইত্রবা থৌঙ্কালগী মঙাল
মীয়ুংশি 'মত্তা সমাজ সিদৈ ফংফম লৈতে।
মরুপ! ·মুঙাইনা পানবিয়ু! য়াইফবিয়ু।
মরুপ! মুঙাইবা পাউ 'মত্তগা থাবল্লৈদ তম্বীয়ু।
মতম অমগী মঙলান্দু, থম্মোই কিশি কিনদনবা॥
থাবল্লৈগা ডাক্তর অমথক্কা লুহোংখিবগী পাউ তাবদা
ঐশু য়াম্মা মুঙাইজরে, মসিমক্তং হায়জরি।
মরুপ! বিদায় ঐ অমসুং শ্রীমু মাইকৈদগী।

নহাক্কী মরুপ
সোয়া।

থাবল্লৈ–[নোক্লহুনা]

খংদবনা হায়বনি, কনানো ঐগা লুহোংলিবা?
মুপা 'তুম্বক—নহাক্কীসু খংদ্রিমাল্লে।

মহেশ—পূকচেল চাওবা মরুপকী [মরু লুকথখিবা]

ঐ ফত্রবনি, ঐ য়াম্মা ফত্রবনি।
মাগীদমক্ত ঐনা করিসু তৌবা ওম্নুদে
মখোয়গী লাইথুং 'তুদি ময়ুম পাল্লগ হেনগৎলকপা
লায়েংবা ওম্লোইদবা লাযনানি, লায়নাহুনা মপুন্সি লোইরনি।

থাবল্লৈ—'সুক চাওখৎল মতমদা, লাইথুং 'তু য়েংবা
ওমদবা লায়না 'সিবু করি লায়না ওইগদগে?

মহেশ—হায়া মাংজোননা য়েংলম্লবদি লায়েংবা ওম্লমগদবনি।
'তু নত্রবনিনা হুজিক্কী; শিবা ভাইনবা লায়নানি।
'তুগীসু মথক্ত লৌনগনবা লায়নানি।

থাবৈ—মপুন্সিগী কোরবা তারেদনা।

মহেশ—[মতোমত্ত] মা পুকচেল চাওবা মীশক্তি।

ঐনা মসিদা মরুপকী হায়ন শিংম ঙুপীবু
তৌয়গা য়াওং ইন্দুনা কয়াদ পুকচেল পিরবা ?
লল-থুম ফজবা মীহৌবা রাখল খরনা
মীওইববু হুংশিবা পক্তুবা শাগুম তুকচনা খলহল্লি।

থাবৈ—হায়মা নোকচনিংএদ ঐদে।

মহেশ—পুকচেল পিকপা অহুনা পুন্সিসে মাংঙনগদৌরে
শেলগী তম্বা মহৈদা তারে এগী ডাক্তর পাশ।
ডাক্তর ওইবা তারবদি অনা মৈচাক হুমক
ঐওোন্দনি হায়বা খন্দুনা লায়েংবিগদবনি ডাক্তরনা॥
ঐ ডাক্তরনি, মরুপপু খিহুনা লায়েংগনি
ঐ মাবু থিদবা য়াদে, শৌয়দনা থিগনি।

থাবৈ—সংস্কৃত শ্লোক কাউদনবা কনাগুম্বনা শোনবগুম্বা
মুরুম মুরুম তুমিন্না শোনবিরিবা হুবু
মাইবী অনৌবা চংবগী চোয়রোল পারোল মাল্লিদ।

মহেশ—চোয়রোল নত্তে, মরুপ হুবু নিংশিংপুবনি, সোরাবু।

থাবৈ—মশুম্ব চৎখোদনা! অরাবা ফোংদোকপিওচোদনা
লাইথুং পকপা পকপীহুনী মনাক্ত চত্তুনা।

মহেশ—[শাওনা] থাবৈ!

করিগুম্বা সোরানা কেমখিবা থোক্লবদি
তাইবংদ অংংবা মরুপ হায়বদো থিবা ফংলরোই।
লায়না হুনা মখোয়গী, পুন্সি হু কোমথ্রগনি খল্লুবদ

অবাবনি ! সোয়ানা করিগুম্বা শ্রীমুবু কায়নবা ঙম্লবদি
মাগীদমক্ত ইয়াই লাইনা লায়েংবিবা ঙমগনি ।
'হুবু থাজদে সে য়ানা শ্রীমুবু কৈদৌঙৈদ থাদোকপা ।

থাবল্লৈ—লাইথুং পক্তুনা শিয়গদবা তুক্কচয়বা মীগীদমক্ত
করিস্থ কাম্নদবদা য় বিবিহুবু করি কাম্নবগে ?

মহেশ—[শাওনা] তুমিন লৈযু ! নঙনা থঙব্রা ?
লাইথুং 'হু উবদা মী কনানা মখোয়বু
থোঙজিন্দ লেপহনবদি হাযরুম্ন সোয়োক্ত উবা ফাওবদা
তিনশিংনহুনা খ শিংন্নবানি হায়বা 'হুদি অচুম্বনি
শাগৈ-নাতৈ, মরুপ মপাং, কনানস্থ মখোয়বু
হম্না ফাওবা যেংনিংবা পোকপে আশাদি লৈরমলরোই
মহুদ ঐস্থ নি হম্নহুনা মকপ মু শিবা থাদোক্লগদ্রা ?

থাবল্লৈ—'হুগুম্বা মীযাম্না, সমাজনা তুক্কচয়বা মীওইহুদ
করিগী 'মুক নহাক্না অনৌবা মীমুংশি পোক্লুরিবনো ?

মহেশ—নঙস্থু করিগুম্বা 'হুম্না লাইথুং পকলকপা তারবদি
ঐনা নঙবু খাদোক্তুনা চৎথ্রবদি মুঙাইগদ্রা ?
তম্বা ঙম্ব্রা মীওইববু ঙসিতগী যেংবা য়াব্রা ?

থাবল্লৈ—করি হায়বা ! করিগুম্বা চুরুংলক্রবদি [মুকথখিবা]

দিনচন্দ্র—[চংলকপা] ইবেম্মা !

থাবল্লৈ—করি হায়গে পাবুং ?

দিনচন্দ্র—চৎলু ইপাগী শঙ্গোম 'মত্রা লোম্লুচোদনা ।

[থাবল্লৈ চংখিবা]

মহেশ ! নঙদি অফিস কায়রোইদ্রা ?

মহেশ—চৎচগনি।

দিনচন্দ্র—থেংঙ্গিব্রা ?

মহেশ—চৈহাক ভলি হায়হুনা

দিনচন্দ্র—পাউ অমবু তারিয়ে।

মহেশ—করম্বা পাউ ? কনাগী ?

দিনচন্দ্র—ঐগী মরুপ নিলমনি! সোরাগী মপাবুংগী।

মচা কায়ন রাথন্দ অয়াম্বা মতমদা ঙাওচৎনহুনা
লৈরে হায়না তারিসিবু অচুম্বা ওইরিগদ্রনে! ?
ঐনা 'সুম তাবদা সোরানা চৎথ্রিবা 'সিদি
লাইথুং থুংবী অমদা জাৎ তাথি হায়রিনে।
চুম্লিগদ্রা মসিবু ? ঙ য়োং চাদে, মুঙাইতে।
সংসার 'সিগী গুঙাইবা নাকোয়ননা থাদোক্লগা
লাইথুং থুংবা 'মগা মরুপ ওইবা ঙম্লীবা
মীওইববু মুংশিবগী থোনা 'হু থাগৎনিঙাইনি।
[ নিলমনি মকোয় মরাং চোমহুনা, মশম মনা ইফা
ফাহুনা মশা অহু য়াম্না চোকথনা চংলকপা ]
ও! নিলমনি বাবু!

নিলমনি—মরুপ! ঈশিং থজিক্ত, খোৗরাংবসি কোরুবা।

মহেশ—ঐ লৌজরুগে পাবুং। [চংখিবা]

দিনচন্দ্র—কদায়দৈ 'সুক রানা. করম তৌনা য়োৗরক্লিবা
মুংশানগা য়ৈবনে, অহল মতম্নগা ওইবদা।
নত্তে, সোরাবু থিবা থংদ্রে হায়বসিবু অচুম্ব্রা ?
অতে লাইরি, চৈহাক্তং হকচিক লাংবিথো
—ফিদা থাহুনা কমহনবা—
মহেশ! মহেশ! ঈশিং হায়বহু পুরক্লিবা ?

মহেশ—পুজরক্লে। [ঈশিং পুন্নুনা থোরকপা]

নিলমনি—[মুন্দুনা থকচিনখিবা] ইসঃ ভাইবং ফাওরেদনা।

দিনচন্দ্র—কদায়-কদায় য়ৌরুরে 'সুক মুংশা শাবদা?

নিলমনি—কদায়দা ওইনি, ইচামুপাদু থিরিবনি। 'দুবু—

ঐনা মাবু থিদুনসু ফংগনি হায়বা থাজদ্রে।
ফংলবসু মাবু ঐনা করম্না তোৎন তিম্নবা॥
হুজিকসু ঐনা চৎলিবসি মাবু থিরুরিবনি
রামনগ্রদুনা ঐহাক খৌবাংবসে কোরুবা চংলক্লিবনি।
তৌফম খংদ্রে ঐনা মাবু কদাযদা থিরুগদবনো?

দিনচন্দ্র—'দুক তাহ তাহনা, ঙৈহাক পোথাখিসি করিনো?

ঐখোয় খ্বাইসু য়াওগে, করিগী পংবা রাকনেগে।
ইবেম্মা! থাবল্লৈ!! শঙ্গোমদু 'নি শুহল্লক্লো।

[থাবল্লৈ শঙ্গোম অনি পুদুনা থোরকপা]

কদায় মহেশকিদি—?

থাবল্লৈ—ইমুংদ লৈহৌরে পুজরকখিগে। [চংখিবা]

মহেশ—ঐগী মকুপ্তু থিকদবা য়াদে। ফি হোংলুখিগে। [চংখিবা]

নিলমনি—মচা মুংশিবা হায়বৈ লংলা 'দুনা পুনবনা

'সুক রানা ঐহাক্লা মাবু কোয়থি থিরিবনি।
কোরুবা চীংগুম ইহাং হাংবা, অশংবা মচু য়াওদ্রবা
কালেন মুংশা লাংলগা উফুম্না আবের চাইবগুম
নোংজু পাম্বা লাক্লগা লৈঙাংনা ঈমু পাক্লা
লৈবগী কাম্নদ্রবা চীংজাওগুম ইহাং হাংই রাখলসে
মচা লৈত্রবা মপাগী করি মুঙাইফম লৈবগে?

দিনচন্দ্র—হুজিকপু কমদৌবা তাম্নিবগে, মাবু কংনবা থিখিগত্রা ?
নিলমনি—নিংঙমদবৈ মুঙাইতবনা, করিগুম্বা অশিবগা
নহা ওইরিবঙে মতমদা শিংনরম্বা তারবদি
মনুং মতম চাদনা খাংঙ্থক্ত মাংখিগত্রা, টিংনৈ !
টিংনবদে ঐনা মাবু থিরিবনি, কোয়থি থিরিবনি।
দিনচন্দ্র—মখোয়না লৈরমগদবা কদায়দনো ?
'মুক থিস্তবা কান্নদ্রে, থিকরসি চৎলসি ।
নিলমনি—মরুপ ! ঈরোই মপা খুংদে হায়বা মীওই পুন্সিনি
দিনচন্দ্র—নত্তে ! মরুপ। মাগী তাংদাংবা লৈফম খংত্রিত্রা ?
নিলমনি—চাওবনা ঐঙোন্দা হাযরম্দি—
শোক্ল-পম্ম তুক্কচনরবী; লাইখুংন মচেৎ-মচেৎ লাংলবী
সমাজদা চংজফম লৈজদ্রিবী শ্রীনু হায়বী মুপীদুগা
মফম মরাং খংদনা, চৎখ্রবনি হায়রম্মী।
চাওবা—[পাখৎনা চংলকপা] হাজুব।
নিলমনি—করি তৌরে ! 'দুক ফিংনা !
চাওবা—মাগা থেংনরম্মী, 'দুগা 'দুম চৎখ্রে।
নিলমনি—মা হায়বদি কনানো ?
চাওবা—সোরা।
নিলমনি সোরা হায়বা ? খামহৌবা য়াদ্রত্রা ? করিমত্তসু হংহৌদ্রবা
চাওবা—হংসু হংহৌদে, খামস্ খামহৌদ্রে হাজুর !
নিলমনি—[শাওবা] অপংবসিদি !
'দুননি নঙনা ঙসিফাও মীনাই ওইরিবদো ?
চাওবা—হাজুরনা হায়বদি শুপ্নগী উবরতা হায়বনি।

নিলমনি—উরবদি খামহৌব্বা য়াম্না। থিগ্নিবনি খংলেদনা; পংইদকো

চাওবা—লাইথুং মচেৎ-মচেৎ পল্লবা পল্লবীদুবু

'মুক ঐনা খামদুনা কান্নবা নত্রে খন্দুনা

ৱাগা 'মত্তা ঙাংনদখৈ, ঐদি 'দুম হল্লক্কবনি।

নিলমনি—[শাওনা, খুবাক্লা থাবা] কনাগী থোঙজিন্দ লেপহন্নিংদ্রবসু

মপা ঐমদি মচাগীদমক্ত হিংলি হায়বা খংগদবনি।

চাওবা—তান্নবা ফংখিনি,

নাহে নাহে পোথানা য়াম্না ৱানা চৎখিবনি।

মখোয়'নিবু উরগা থাপ্ল-থাপ্ল থৈদোক্লে

লম্বেল অচৎ-অওক্পা তিনশিৎনবি মখোয়দা।

নিলমনি—করিমগ্না থিরুবমু।

চাওবা—সোরাগী চিঠি। [ফিজিদগী চিঠি লৌথোক্লবা হোৎনবা]

সোরা ঐবু উরগা মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা

পাবুংগী মফমদা, অরোইবনি হাযরকই চিঠিসিনা

[ চিঠি পিবা ]

নিলমনি—[পানিংবগী লাংতক্লবা] কদায় চিঠি? [চিঠি লৌবা]

ইপাগী ইবুঙো সোরা! সোরা!!

নঙবু হুজিক কদায়দনো ঈপানা থিরুগদবা?

[চিঠি ফাক্তোক্লুনা পাবা, সোরাগী খোজেন্দ]

[ ষ্টেজ অসি পুম্নম মমগ্রে, উরিবা হায়ববু য়াম্না

তপ্না শ্রীনু অমসুং সোরা নম্বো মচা অমগা

লোয়ননা, অমগা অমগা লেঙ্গোয়দুনা চীংয়াগী পিক্লবা

খোঙ লম্বী অমদা য়াম্না তপ্না তাম্না চৎপা উখ্রি। ]

পাবুং !

ৱারৌবিগম্ভু ! নচানা খুরুমজরি ।
পাবুংনা খল্লম্বা আশা পাংথোকচবা ঙমজরমদ্রে ।
সংসারগী থাংঙমদবা মীনোকপু নাকোইনরম্লগে খঙবনা
অতোপ্পা সংসার অমগীদমক, খোঙ অসে থাংদোক্লবনি ।
সমাজনা চংঙকম পিদ্রবী, ইম্থোক্লবী, তাম্থোক্লবী,
শোক্ক পম্না তুক্কচনরবী লাইথুং পক্লবী অমগা
শেমখি ঐনা পুন্সিগী অমত্তা ঙাইজরবা মরুপ ।
ঙুঙাইতবা অমদি, মাগী অপোকপীম্নু লৈখিদ্রে
শুপ্নগী মাদ ঙাইহৌবে, মাগীদমক্ত ঐ, তাইবংসিদ
ঐমগা লৈত্রবদি মহাক হিংগনি হায়বা থাজদ্রে ।
মীওইবৈ মীনুংশি হায়বা নুংশিবগী থৌনাদুনা
ঐনা মাগা লোয়ননা থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্নীবনি ।
মাংদ চংশিনবা খোঙফমগী আশা 'মত্তা লৈত্রবা
তুং হন্দুনা, অৱা মৈশা কোকথোংনরবা—
নচা অমসুং নমৌদা ঐগী পাবুংগী আশির্ব্বাদ
মতম চুপ্পা ঙাইজরি, নচা অমসুং নমৌনা ॥

পাবুংগীদমক্ত—
সোরা অমসুং শ্রীনু ।



[লোইট ওফ ]

লোইরবা ।

কোংগ্রবা—

কেতুকী

থম্মোই-তেংথা

কনানা হায়বিগনি

কনাদনো হুক্কদবা

চিত্রকার

সুরন্য

বাংমদা